# EERAOKHOL

*( A collection of Meeteilon Short Stories )*

*Written by :* **Pebam Dasumati**

*Published by :* **P. Birahari on behalf of NOHAKHOL.**

অহানবা ফোঙবা ঃ এপ্রিল ২১, 2000

অফোঙবা ঃ **নোহাখোলগী মায়কৈদগী**
**পেঃ বিরহরি**

ফংফম থোকপা ঃ অইবা, নোহাখোল

মশীং ঃ ৫১০/-

মমল ঃ **লুপা ২৫/-**

মখুম য়েকপা ঃ **জয়চন্দ্র, সগোলবন্দ তেরা।**

---

নম্ফম ঃ **থৌজালহৈবা প্রেস,** তাকয়েল কোলোম লৈকায়।

# কচ্চবা

নচা শ্রীখোয়বু তাইবংপান্দা খোঙদাহল্লম্বী, মতম শাংনা
সেবা ফংজহৌদ্রবী ইমা ( ইবেমপিশক ), ইমাগী
মফমদা কচ্চরি নচাগী "ঈরাওখোল"
লাইরিকসে। নচাগী থুদোলসিনা
ইমাগী সেবা তৌবা
শকচগেকো
পলেম।

নচা
দসুমতি

# নোংথোলগী ৱারোল

ইং কুমজা ১৯৯১ দগী হৌনা সাহিত্যগী থবক-থৌরম কয়া পাঙথোকচরক্লিবা নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ ( নোহাখোল ) না লেপ্তুনা লাইরিক কয়া মীয়ামদা খুদোল তৌজরক্লি। হৌজিক ফাওবদা শৈরেং (মীতৈলোন, ইংলিস) লিলা, ৱারীমচা, নোভেল, লমকোয় ৱারী, পুন্সি ৱারী অসিনচিংবগী লাইরিকশিং পুথোকচরে। পূন্না লাইরিক কুনহুমদোই পুথোকখ্রবগী মতুংসিদা পেবম দস্নুমতিগী **"ঈরাওখোল"** কৌবা ৱারী মচাগী লাইরিকসি কুনমরিশুবা খুদোল ওইনা পুথোকচরি।

অঈবীগী পূক্লিংদা ফাওরকপা ৱাখল্লোন্দু ৱারীমচাগী মশক্তা ওন্থোক্লগা খ্বাই-মীয়ামদা পাউদম্নবা লাইরিকসি সাহিত্যগী পূকৈদা হাপচিঞ্জরি। ঈরাওখোলনা ঈচেল লৈফম তাকপগুম লাইরিকসিনা কনাগুম্বগী থম্মোইদা খোন্থাং ওইহনবা ঙম্লবদি অঈবী অমদি নোহা-খোলগী হরাও-নুংঙাইজবনি।

**খুঃ ৱাধেশ্যাম**

তাং ২-৪-২০০০ জেঃ সেঃ নোহাখোল

# রাহৈ খরা

কুমারী পেবম মঙ্গমতি দেবী য়াম্লমক মঙা ওইরিবী অইবীমি। হৌজিক এম. এ. ( মনিপুরী ) অহানবা চহীদা তম্মি। য়াম্না ওন্না স্কুল তম্মিনৈদগী হৌনা ইবা হৌরকখি। মৌরিবী অইবীগী পুন্সিদা ফাওরকপা অমসুং উরকপা মীংয়েং খরা বারীমচাগী কলাদা থোঙ-দোরক্লি। অদুবু মীংয়েংদদি নৌত্রে ; কনা য়াম্না মপুং ফারক্লে। "ঈরাওথোল" বারীমচা তরানা শাবা পুন্সিগী ঈরাওথোলনি। মীওইবগী লীচৎ, থম্মোয়গী মরী য়েক্নবা হোৎনৈ। অশোনববু অকনবনা তুহৎপীবা, অতোপ্পগী পুন্সিবু কল্লক-খম্বনবা, মীগী য়েংদনা মশাগীতা ওইজবা তানবা, উপায় লৈজদ্রবশিংদা লাকথুদুনা থুদোংচাবা লৌনিংবা অসিনচিংবা মীওইবগী লীচৎশিং অসি অইবীনা মহাক্কী বারীগী মচাক ওইনা শীজিন্নরি। মীওইবগী মরক্তা লৈরিবা মরী-মতাগী ঈচেল অসি ঈগী মরীদগী শাগৎপরা নত্রগা থম্মোয়গী মরীদগী শেম্বরা হায়বদু অইবীনা "মরী-মত।" হায়বা বারীসিদা উৎলি। হান্নসু ফিবম চাদনা বানা নংনা পানবগা অদুগীসু মথক্তা অনা-অয়েক য়াওশিল্লক্লবা মতমদা ডাক্তর অমনা থাবল্লৈগী মুপাগী অনাবা মনথিনদনা লায়েংবিরবদা মীওইবগী ওইবা তৌবিমন খঙবগী থম্মোয়গী মরী অমা ইনৌ নৌনা শন্দোরকই। ঈগী মরী ওইরিবী থাবল্লৈগী মনম্মা মালিকানা মশাগী কান্নগদবা মতমদা ঈগী মরী নীংশিংবা, কান্নদবা মতমদা কাওথোকপা থম্মোয়গী মরী য়াওদবা মরী-মতাগী ঈচেন্দগীদি থম্মোয়দগী শেম্বা মরী-মতানা হেন্না মমল লৈ হায়বদু অইবীনা ময়েক শেংনা

পুথোকই। "লাইয়েং" দা মমীৎ য়াম্বা মহাক্কী মুপাবু য়ুমগী মুপী ওইরিবী ফজবীনা খৎন-চৈনবা, শাউনবগী মহুত্তা য়াম্না হৈ-শিংনা লাইয়েংদুনা মহাক্কী মনাক্তা অমুক হন্না পুজরকপা ওম্বা উৎলি। হৌজিক্কী মনিপুরী সমাজদা য়াম্না তোয়না থেংনরিবা ইনাকখুনবা মমৌ পামলুবী মনেমশিংনা; খুৎকন-পাঙ্গনবী মমৌনুপীদগী ওন্ন-তৈনবা ফল ফংদুনা শিবা ভাইনা হিংলিবা পুন্সি "খুৎশেমগী ঈচেল" দা অইবীনা য়েক্লি।

অইবীগী অহানবা লাইরিক পুথোরক্লিবা খোঙজং অসিদা তুংদস্থ হেন্না কলম পায়বা য়ারবী অইবী অমা ওইরে হায়বসি চেৎনা থাজবা পীরবনি। অদুবু হোৎনবা হায়বসিদি থাদোকপা য়াদ্রি। হেন্না মথৌ শঙবা, হোৎনবা হায়বসিনা অইবীগী অরাংপা মেনথৎনবা অমস্তুং হেন্না মপূং ফাহন্নবগী লম্বী শোয়দনা য়াংকনি।

ডাঃ নহাকপম অরুনা

# অহৈবীগী ৱারোল

ঐচাক ইশামক ওইবী অমা ওইগে মসিমক ওইদবা য়াদে হায়বা অকনবা ৱাখলগী লমজিং মখাদা শেম-শাদুনা লাইরিকসি ইজরুবা নংচাদে। মীওইবগী পুন্সিদা তীল্লকতৈ, পুন্সি ঈচেন্দা কাউশিং ওইনা তাওথদুনা তাইবং কুম্মৈ উরকতৈদগী থেংনরকপা কয়াদু চে-বলমগী মতেং লৌদুনা পাউদমশিং অসি ইশিঙ্গরকই। লোয়ননা অৱা-মুংঙাইগী মপাউসি মীয়ামদা তমনিংবগী ঈথিলনা লমজিংখিবা অসিনা লাইরিকসি ফোংদনবগী লংজিলনি। করিগুম্বা মরমদগী ঈচেলনা ঈরাওখোল থোকই; মীওই পুন্সিসু ঈচেলনা ঈরাওখোল থোকপগুম খোম্থাং থোকই। মদু পাউদম্বী অমা ওইনা তমজনিংবদগী ৱারী মচাশিংসি ইজৈ। ৱারী মচা খরদি "খোল্লাও" দা ফোংজখি; অমুক হন্না লাইরিকসিদা হাপচরি। অরোইবদা লাইরিকসি পুথোকপদা চাউনা তেংবাংবিরিবা নোহা-খোল অমদি মথক কয়াগী তেংবাংবিবা ওজা গৌরো, শশীকুমার, খুঃ রাধেশ্যাম, ৱাহৈ খরা ইবিরিবী ওজা ডাঃ নাঃ অরুনা, মথুম লাই য়েকপিরিবা ওজা জয়চন্দ্রা অমদি প্রেসকী মীওইশিং পুন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

পেবম দসুমতি

খাইদেম

তাং ২৮-৩-২০০০

# য়াওঙ্কম তাকপা

| | |
|---|---|
| হেঙ্গুনহা | অমা |
| মায়খীবা | তরুক |
| লংজাগী মীৎয়েং | তরানিথোই |
| মরী-মতা | তরানিপাল |
| লাইয়েং | কুননিথোই |
| দাকু | কুননিপাল |
| খূৎশেমগী ঈচেল | কুন্থ্রাহুমদোই |
| অহোংবা | নিফুমাথোই |
| বাশক | নিফুতরেৎ |
| মরম্মাই | য়াঙ্খৈনিথোই |

# হেঞ্জুনহা

ৱাখলনা পুন্সিংদু মথৌ হাপ্লি। অহিংবা জীবা খুদিংমক ৱাখলগা লোয়নৈ। প্রেমান অমদা অকংবা তিংথৌ ফাওবা অমুক হৌরকফখিনি হায়বগী থাজবা লৈ। অদুবু মনিতোম্বীদি মশাদা হিংলীংবগী অকিবা ফাওরি। মসি হুসিগী তাইবংনা গুলাপকী মতৌ লৌরকপদগীনি। মপাম্না (লৈ) অউববু পূক্লিং শুমহৎলি; মউদা থেংলুবা কনাবুদি তীংথংনা থিন্দুনা ইথেঙ তাহল্লি। মনাক অতুরাইদা হৌরি উ-ৱা কয়া। মথোয় অতুম তুমিন্না হৌরি; অমনা অমদা হীংচা য়াইতয়দে। উ-ৱাগা ৱাখল্লোন মান্নদবা মীওইবনা মথোয়বু তাথি৹ য়ান্থৎলি। পংথৈ নাইদবা মনিতোম্বীগী ৱাখলগী ঈথকসি শামোগী থোঙ্গেম্না অথিংবা পীরকই; শামোনা হায়রকই— "মনিতোম্বী নংবু য়ুমদা চংঙোমে ইবেম্মা; মীনা উরগা ফজদেনে।"

মনিতোম্বীদু মাগী ৱাখলগী ঈথক্তুদগী নাথৈত্রিমায়ে, ওম্ন·তৈননা খুমকই— "যমগী লৈবাক্তা যমগী তুতনা মথি ফোঙলরব্রা ?"

শামোহু মনিতোম্বীদা মুন্না য়েংলকই । মাবু করেম্নরিব্রা হায়বগী বাখল পোকই । অদুবু পূক্লিংদু ফাথরগা পূকচেল ফজবা অমদি মনিতোম্বীগা য়াম্না নকশিন্নবা মরী-মতা শারদুনা অমুক হায়রকই— "অদুগুম্বা বাদু হায়ম্নানে নংবো; মী তারগা নংবু অঙাওবীনি শোয়দনা হায়নরনিনে ।"

মনিতোম্বীদু হান্নগী মওংদুদগী হোৎংদে; মমায় নোম্থরদুনা তপ্লবা খোঞ্জেলনা মখা তানা খুম্নকই— "হেস্তুনহাগী থরায় লোবা শরোইদু তন্নবা হৌরক্লব্রা ?"

খঙদবা মীনা তারবদি মনিতোম্বীবু অঙাওবীনি হায়রগনি । মাগী শকক্ম অমদি শেৎলিব মফিশিংদুদি অঙাওবীগীদি মান্দে । খরা মুন্না য়েংলবদি খরা চৎথোক্লগা লৈরিবা মোংফমদু উগনি । অদু ওইরবদি মনিতোম্বীসি কনাগুম্বা অমা কায়নবগী মৈচাক ফঙলবীনি হায়বদু ইরায় লায়না খঙগনি ।

মনিতোম্বীদু য়ুমদা হুক্লিন্নিংদে; মোংফম মনাকসিদা অস্তুম লৈনিংই । মাগী বাখলদা মোংফমনি অকিবা ফাওদে; মতম কুইনদগী লৈরক্লবা য়ুমদোনা খল্লি । কনাগুম্বা মী অমনা মাবু পূক্লিং ফাথরগা য়ুমদা পুশিন্দ্রবদি মহাক মোংফম মনাকসিদা অস্তুম লৈগনি; চাবা থকপা তৌরোই । মনিতোম্বীনা থবক চৎথোকপদগী থেঙনা হল্লক্লবস্তু চাক চাদনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্বা মচা ইবোচৌবদু য়াওদনা মানা করন্না চাক চাগনি; ঈশিং থক্কনি; মচানা লৈত্রবা য়ুমদুদা করম্না লৈনিংগদৌরিবনো ?

হৌজিক ওইরিবা মাগী পুসি মরেলসি ওইনবা নোংদম্বগী

থুশিল-থৌরাংদা মতেং পাংথিবা মখোয়দা মনিতোম্বীনা লমন খুম্বা ভয়োই; খুমস্থু খুয়োই । করিগুম্বা নোংদম্বনা মখোয়দস্থু মাগী লাইবক থীবসি তম্বীরম্লবদি মতম অদুদা মাগী মৈচাকসি নীং-শিংলগা মখোয়গী অৱাবদা মনিতোম্বীনা শরুক য়াগনি । মসি মীওইবা মশেলগী মীনুংশিদু মনিতোম্বীদা লৈবননি । মুমিৎ-তুদা ইবোচৌববু মনিতোম্বীনা খাম্বদু য়াৱম্লবদি ইউনিফোম শেৎপা যমগী ডুতশিংনা য়ুমদা লাক্লগা ইবোচৌবদা নোংমৈনা কাপ্লমগদ্রা ? নোংদম্বগী নোংদমদু কায়দনবা করি থৌরাং তৌ-রমগদগে ? থৌদোক্তু থোক্লবা ইবোচৌবনা শামোগা থবক শুমিন্নখিব্রা ? নোংভাল্লমদাইদা থবক চৎকদবগী মফি শেৎলিবা ইবোচৌবদা মনিতোম্বীনা হায়— "নোং ভাল্লগা চৎলুনে ।

— থবক মফমদু য়োবদা হেক্তা থেংই ইমা । খুরা শামোনা খরা ভন্না চৎসি হায়রকই ।

— ইরাং ফক্তবসিদা অমম্বদা চৎহন্নিংদেনে ।

— ইথন্ত চৎকদবস্থু নত্তে, খুরা শামোগা চৎমিন্নগদবনি । ভসিদি শেন ফংনি ইমা; অদুনা খরা ভন্না চৎসি হায়নৈ ।"

মনিতোম্বীবু ৱাদনবা থেমজিল্লগা ইবোচৌবদু থবক শুবা চৎখি । শামোগা মবানিনা মখোয়গী খুলদু লান্থোক্লমদাইদা খুলদু লাম্মীনা কোয়শিল্লম্বদু থেংনরে । মদুদা শামোনা ইবো-চৌবদা হায়— "মখোয়না ঐখোয়বু ওপরেসন লোইদ্রিবা ফাওবা চৎহল্লরোই । ঐখোয়গী থবক্তু ভসি লোইদবা য়াদবনি । অদুনা মখোয়না উদনবা পাকথরগা চৎসি ।"

মবানিমক পাকথরগা চংলি । লাম্মী অমনা উরহুনা লেপ্পবা লাওরকই। মাং থানা চৎপা ইবোচৌবহু শামো লাক্লি থম্না অহুম চৎলি । শামোদি উপ্রাং উপ্লা লৈহৌরে । ইথঙ-থঙহৌদনা কাপ্লকপা লাম্মীগী নোংমৈ মরুশিংনা ইবোচৌবদা পাল্লে । মফমহুনা মাগী অশেংবা মোংফম ওইরে ।

শামোনা ইবোচৌববু পাকথরগা চৎনবা থৌনা হাপথিবহু কনাগুম্বা মীশিংম্না অফবদা থম্নে । মনিতোম্বীদি মহু ইবোচৌববু মাংনবা শিনবনি হায়বসি খঙই ।

ইতৎ-তংতনা ইবোচৌবা লৈতবা মতমদা শামোনা মনি-তোম্বী উন্নবা লাকই। নোংমনা ইবোচৌবগী খুৎশুমন পীরগনি মহুম্থু পুন্না থক পীরোই। তোয়না লাকপা য়ানবা মচিং-মচিং পীরমগনি। নোংমনা থবক শুফম লৈরে হায়বগী পাউ তাক্লম-গনি । নোংমনা ইবোচৌবনা শুগদবা থবক্কা মরী লৈনহন্দুনা রারী শারগনি । লাকপা খুদিংদা মনিতোম্বীবু মাঙোন্দা লৈনবা রাঙাং তৌরমগনি; মানা মনিতোম্বীবু পামই উৎপা রাহৈ-রাতা শীজিন্নরগনি। অমুকথক্তী শামোনা অস্থম্না হায়— "ঐগী ইচাশিংনা ইমা পুরকউ হায়বসিনবু মনিতোম্বী খাংবা ঙমদ্রে । হৌজিকপু অতোম্বী থীখিগদ্রা খঙদ্রে ।

—তাদগী ইচানুপা অহলহু মৌ থীজিনবীরো । মৌ লাক্লবদি ইফদ-ফরনি ।

—মৌ থীবা মতম ওইদ্রিনে । মমা থীবা পাম্লিনে মথোয়না "

শামোনা ফোঙদোক্লিংলিবসি মনিতোম্বীনা খঙই । রাফ-মহুম্থু, শামোবুম্থু মনিতোম্বীনা তুক্কচৈ । মসি শামো মশানা

খঙজনবা মনিতোম্বীনা হায়— "তাদা ঐখোয়গী ইবোচৌবদি পাগ্রা লুপ্রানা মশু-মমৌ ফঙবা য়ারবা মতাংদা অমুক হন্না য়ুম শানবসি য়াখিদ্রেবু; অদুগুম্বগী পাউদু তাবদা ওম্থোক্লা শাউপ্রপোংনি। মমা ঐগা রাখল মান্নে।"

শামোদু মথা তাখিদ্রে। মনিতোম্বীবু মাগী ওইরগা মনিতোম্বীখোয়গী লৌরী-ইংখোলদু মচাশিংগী শরুক থুংহনগে খনবা রাখলদু ওইথোক্লবগী লম্বীদু থীংগ্রে। মথা তানা লম্বী শেন্নবা ইবোচৌবদু শিনবা শীল্লম্বস্থ য়ারিবনি।

শামোনা মনিতোম্বীগী মনাক্তা চংশিল্লগা অমুক হায়— "লাইবক্তা তম্নকপদু থোক্লরবতনি; নপূক্কিংদু ফাথনবা হোংনৌ। নংনা সিদা লৈবসি মীনা ফত্তনা খন্নে। য়ুমদা চংলসি লাকও। —তাদাদুম চৎপীরো; তাদানা সিদা লৈবসিনদুম হেন্না ফত্তনা খন্নরনি।"

শামোদু ইঙক-ঙকই; নিতোম্বীনা হায়রিবসি ভাব তাদে। মনিতোম্বীনা মথা তারকই— "ঐগী ইতৌসি য়েংবা ম্নুংঙাইবিদ্রগনা তাদানা লাকপদা লাম্মী কাংবু থেংনবিরম্—া? থেংনবিরমদ্রগনা খরা থীবিরু; ইবোচৌবদা কাপ্পা অদুম্না ঐঙোন্দম্ন কাপহনবিয়ু।"

শামোদু রা মথা তারমদ্রে; অদুম চৎগ্রে। মনিতোম্বীগা ঙাংনবদা মহাক ইকায়বতা ওইরগনি হায়বসি খঙজরবগুমই। মনিতোম্বীদি হান্নগুম্না অদুম ফমহৌরি। ইবোচৌবগী মোংফমলোমদা মীৎয়েং থমহৌরি।

তাং ১৯ | ২ | ৯৮

—(✿)—

# মায়থীবা

সরকারনা শেম্বী শাবিদ্রবা, লমদমসিগী এম, এল, এ, নম্থু হন্না য়েংবিদ্রবা খুঙ্গংগী লম্বীসিদা নন্দনা ময়ুমদগী বস ডাইফম তান্না খোঙনা খোঙলৈ থুনা লাক্লি। লম্বীসি মানা শেংলিবা খোঙগ্রাউ, লিংলিবা ফুরিৎ, তোংলিবা খোঙউপকা নাতৈ চানরি। মাগুম্বা মীনা মশীং য়াম্না লৈবা খুঙ্গংনি খঙলদ্রুনা লম্বীসি উফুল থাংহন্দুনা থম্বগুমই।

বস ডাইফম য়ৌরে। মাগী ফিশিংতু উফুল পকপদা পকই খঙদ্রবগুম্বনি। অদুবু ফুরিৎ-খাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা কন্থোকই; মখোঙ থীন্দুনা খোঙউপুম্বী উফুল কন্থোকই। ডাই-হাক্কী তুংদা লেংডম-শাঙমদনা বস লাক্রে। বসতু থাম্বা উবদা নাকন্দা মশা তিংখোকপগুম তৌই। তৌবস্তু নাকনগী গ্লাস কায়থিবদগী ফি অমোংপনা থাক্লিম্লে। কৱিগুম্বদা ফিতু বসকী নাকন্দা ফরা-ফরা পাইবা য়াওই। বসতু মন্নুংদা ফম্ফমদি লাইরদনা লেপফম ফাওবা লৈদ্রে। বস মথক্তা কম্বস্থ য়াওরি। বসতু ফত্তবগী মথক্তা মী য়াম্না তোংমনবদগী থৌবদা পাক্লা চেন্দে। চাক য়াম্না লাম্লবা মীনা চাক য়াম্না চাশিল্লগা

হৌগৎপদা লেঙম-শাঙমদবা অচুম্বমই। বস মন্নুংগী অমোৎপা, মীয়ামগী শ্বর অমদি অতৈ অতৈগী মনন্না বস মন্নুংদু পীক থল্লি। চীন্নবা মরকসিদা কন্দক্কুর অঙাংনা ভারা লৌরি। তোংলিংসিদা লৌহৌড্রবদি হেক কুমথখিবদা পীরমদবগী খুদোংথীবা লৈ।

বস ভারা শোৎলগা তোংবা মীসু য়াওনৈ। মখোয়দুগী শরুক্কু মেনথৎনবা ওইরমান্নে কন্দক্কুরসু অচোয়বা হন্দোক্লিং-ঙাই লৈতবগী মীংদা লুপা অমা হন্দোক্কনবা য়াওই। কোম্না হনগে হায়রগা কাউশিন্নবসু য়াওই। অচুম্বা বসতুনা নন্দবু পুবিরক্কনা শাইরাম্বল কৈথেল য়োরকই।

লৈগদবা পোৎসি মখল মরি-মঙানি। কৈথেল মচিন্দগী য়াওশঙগী ফিরাল, পেচকারি, আবের লৈরে। অঙাংগী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ অমুক লৈরগে খন্দুনা য়োনফমদা চংশিল্লি। ঙসিদি চুমদ্রিং চুম্না চৎপা য়াদ্রে। মীগী মী ঙাক্তা ঙাইরে। থৈ-থৈদুনা চৎপদা কোক ঙাওগেবু তৌরে। চহী অমগী মন্নুংদা অমুক্কী শোয়দনা শেন হন্দোকপা, অঙাংবু চাকনিবা ওইহনবা শঙ মৈ থাবা তম্বীবা অমদি হুরানবা তম্বীবা য়াওশঙদু লাক্কনি হায়বসি পূন্নমক্তা খঙনরিবনি। চংগদবা অঙাংগী মফি মরোল মাংজোননা লৈনদে। নাম্মা হায়রিবৈদা পংশিন্নরগা পাবোৎ লোন্নদা মতমদা পাম্মোম তিংনৈ। নন্দাখোয়মুনি, মহালমখৈদি শেন লৈতে হায়তুনা শিখাঙ খাঙলম্বদু ঙসিদি শেন্দু নমদুনা লৈহল্লগা ফি লৈবা লাক্লি। খুয়োনরবা মতমসিদা

নন্দনা লাক্লিবসি লায়রবগা নকক্লবদগীনি। অঙাংদি মসি খঙদে; মমান্নবশিংগী মরক্তা য়াওনীংই; মমান্নবশিংনা শেংনবগুম্না মাস্থ শেংনীংই। শেংহন্দ্রগনা নিংঙাই তৌগনি। মসি তৌহন্দনবনি নন্দনা ফি-রোল লৈবা লাক্লিবসি।

অতুবা ফুরিৎ-খোঙগ্রাও য়োনফমদা চ'শিন্দুনা য়েংই; মমল হুংই। লায়রবা মীনা পোৎ লৈবদি পোৎকী মগুন য়েংলগা লৈদে; মমল য়েংলগা লৈ। নন্দস্থ পুথক্লিবা শেনফমতুনা কোন্নবা অহোংবা ফুরিৎ-খোঙগ্রাও থীরি। অতুবু ফিগী মমল ৱাংলমই। মনিপুরগী কৈথেলদা য়োনবা পোৎকী মমলসি সরকারনা নত্রগা কম্পানিনা লেপ্তুবগুম্না তৌই! লমদমসিদা থোকপা মথল কয়াগী বন্দ, ইকনমিক ব্লোকেদ, চীং নীংখাযতুনা লম্বী থিংবা, তলব হেনগৎপা অমদি হরাও-কুম্মৈনচিংবনা লেপ্পদৌনা তৌরি।

মথং-মথং ফি য়েংলিঙৈদা তুংলোমদগী য়াম্না থোৎনৌবা মেওবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকই— "ফুরিৎ লৈরিব্রা?"

অমনা ঙাংবদা অমনা তাদবা মওংদা ঙাংনরিবা কয়াতুগী নীল-খোংবা মরকসিদা অসিগুম্না খোঞ্জেল য়াওবসি তশেংনা পাম্মুই। তুং হন্না য়েংবদা অশংবীতু লেপ্লমই। তনৌরবা মশা নাল্লবী অশংবীগী মখোঙতু কৈথেলগী লৈমায়দা লেপ্পসি পাম্মুবা ফাওই। ঙাইহাকসিদা নন্দা ইকায়বা ফাওই। লৈশাবীগী মমাংদা পাথং মানা অঙাংগী ফি লৈবতুগী নত্তে। অহোংবা ফি য়েংবতুগীস্থ নত্রি। য়াঙশঙগী

ফিরাল, পেচক্‌রি আবেরনচিংবা পোংশিংতু অশংবীগী মমাংদা পায়বদা ইকায়বা নত্তে। য়াওশংগী পোং লৈবা অমদি য়াওশংদা থরায় য়াওবসিদা মথন্তু ইকায়জবনি। নন্দগা অশংবীগা খঙনবসি য়াওশঙ মনুংদনি। মতুংদা অতুম তীন্নরে। মতমদু নন্দ ক্লাস তেন তম্লি য়াওশঙ মনুংগী শান্ন-খোংনবা অমা য়াওনবা নন্দদু সাইকল তোংতুনা চংলি। মমান্নবশিংদি ঙশাইনা চংনগ্রবনি। শান্নবা চংপনি খঙনবা সাইকলদা ফিরাল থেংলি। লম্বীদা অশংবীসু মমান্নবীশিংগা অচং-অওকশিংদগী শেন থায়রমই। মীওই খরদি য়াওশংগী কোয়বা চংপদা শান্নবা চংপা মান্নবা ( শান্নবা চংপশিংদগীদি শেন লৌনদে ) ফিরাল থেংনবা য়াওই। মতুম্না নমথাক তৌরমগনি খনবদগী নন্দবু থাদোক্লে। অশংবীনা হায়রকই— "য়াওশংগী কোয়বা থোরক্লগা শেন খজিক্কসু পুরক্লিবসি ইকায়বা খঙদ্রজাংলা ?" নন্দনা খুমই— "ঐদি শান্নবা চংপনি।

—সাইকলদা ফিরাল মচা অমা থেংচিল্লগা শান্নবা চংপনি হেক্তা হায়জিনগন্নদা।

—অশেংবনি ঐ শান্নবা চংপনি।

—শান্নবগী ফিরোলদি কদাই ?

—মনুংদা শেংলি।

—শেল পীবা ঙমদ্রগা হায়জিন্নগন্নদা।"

নন্দদু ফুরিং খোঙগ্রাউ লৌথোক্লগা শান্নবগী খোঙগ্রাউ মচাদু উংলি। মানা মহুৎ শিল্লিবা ল্লবকী মমিং থাবা

মোক্তাফুরিং অমদি খোঙগ্রাউ উবদগীদি অশংবীতু থাজরে। নন্দবু থাদোক্লে। চিন্নবা মতাংসিদা মাবু মতম মাংহনবগী নন্দতু থরা শাউনিংই। অশংবীদা হায়রকই— "থায়না চাওখংত্রিতৈ থবক লৈত্রিডৈ, পংলিতৈদা চৎনরম্বা লম্বীদা শেল খায়বগী থবকসি হৌজিক্তি তোকপনা চুমদো মাল্লে; থরদি শেমদোকপনা ফরে। লাইরিক-লাইশু তৌতুনা, কান্নবা থবক তৌবগী মহুৎতা ঈরাং তৌবসি কৈ হায়নদি খল্লমগনি; অতুবু নখোয়না কৈ খল্লিবা থবকসিনা ঐবু শান্নবা নংহল্লোই-দোরে।"

নন্দতু চৎখ্রে। অশংবীতু ইকায়হৌই। মথা তানা শেন খায়খিত্রে। মতুগী মতুংদা মবানি খঙন-চান্নবা ওইরে। লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদগীদি মবানি কয়া তোয়না উনখিত্রে। অশংবীদি সরকারগী থবক তৌরে নন্দনা হিংনবা হোৎনবদা হকচাংগী পাঙ্গল শীজিন্নবা শীন্মী ওইহৌরে। ঙসি উন্নরিবসি মতম কয়া উন্নরুদ্রবগী তুংদনি।

নন্দনা ইকায়রপ্পা খুমলকই— "হোই, ঐখোয় তাচৌ মচাগী ফুরিং-খোঙগ্রাউ লৈগে হায়তুনা য়েংলম্বনি।

—ময়ামগী ওইনা পাঙথোকপা কুম্মৈনিনা লৈবিবা য়াই।

—ঐদি য়াওশঙদা থরায় কয়া য়াওদবনিদা। তাচৌস্ থ ইতৈমস্তু থবক থাদোকপা য়াদবতুদা লাকপনি।

—নংনা লাকপগী মরমতু ঐ হংখিদেকো।

—অঙাংশিংছুনা য়াওশঙগী অমাংবসি খঙদবনিনা য়াওরুম্নু য়াদে।

—য়াওজসম্নু; নংনা পাম্লিবা য়াওশঙবু তাথিবছু মতম্না নোংমদি পুরক্কনি; ঙাইঙমদবা তৌরুখিম্নু। অদু অঙাংগী ফিশিং লৈনি হায়বছু লৈরসিদনা।”

নন্দনা হান্না লৈগে য়েংলম্বা ফিশিংছু লৈদ্রে। মতুদগী হেন্না ফবা ফিশিং, অশংবীনা শেন পুথোক্লগা লৈরে। ঙসি অশংবীনা তৌরিবসি মাঙোন্দা লমন খুম্লিব্রা নত্রগা অনৌবা খোঙথাং অমরা নন্দগী পূক্লিংনা হঞ্জিল-হঞ্জিল খল্লকই।

তাং ৬ | ৩ | ৯৮

—(✱)—

# লংজাগী মীৎয়েং

কীথী-কীরুম তোবা মীদা খোংবা চীকে তৌবা লুইগী হৌনশানি। লুইগুম্বা মীস্থ লৈ। মশাগী নারুম মুরা থাংবা উরোই মীগী মখুৎ মোৎপা উগনি। মপানথোংদা লুনা উরগা নকশিল্পগদি লৈরিক খরদা গুইরবস্থ য়াওবা ঈশিংস্থ লৈ।

লুপ্রাবী ইবেমহল মমা-মচাবু চন্দ্রনা য়েংথিবনা মখোঙদা কক্ত্তেদা হেক থাকই। চন্দ্রদি মোম্না হাকচবা তিল্লাইখোম্বীনি। মখোয়গী ৰাৎতনবা শুঞ্জ-নোমজবদা নোংমতা চন্দ্রখোয়গা চিন্দা-পাউদানরুবা লৈতে। অদুবু চন্দ্রগী মফমদদি মখোয় মমা-মচাগী য়ুম্বান্দা অৱাবদা হৱাওবিবা মুংঙাইবদা মীহৌবা থোকই। য়ুম লেপ্পা ঙমদনবা চন্দ্রগী থম্মোইদা খনবা ফত্তবা কয়াতু থবক গুইনা হেক হেক উৎথোরকই। মীওইবদা য়াওবা খুদোংথীদ-থীরবদী থৱায় পাম্মুদবগী থৌনাতু মমা মচাদদি ঈশ্বরনা পীরমদে।

অয়ুক্তা ইবেমহল কৈথেলদা মনা-মশিং য়োল্লুই। পোৎশিং ফরকই। হৱাওনা পুক্লিং মকা লাম্না য়ুমদা হল্লকই। য়ুম হেক য়ৌবগা মচা ৱেতু থিৱে। মমা-মচানা থাজবা মনা-

মশিংবু মীনা পামজনা লৈথীবা মমল-কাবা ওইবা, পুরকউ হায়রকপা কয়াসি মচাদা তমনীংই । পরিক্ষাদা থাক বাংনা মায় পাক্লবা মহৈরোইনা মাগী মায় পাকপগী থাউত্ত ছাগ্না তাত্রিবা মমা-মপাদা হরাও-তয়াম্না তন্নীংবগী থম্মোই ইরাং হৌবহু ইবেমহলগী থম্মোইদসু হৌরকই । খৌকাদারনা আকাস বিল ফংবগী মুংঙাইবা, ওফিসারনা বানোম-শেন ফংবগী, মন্ত্রিনা সরকারগী শেন হাইহৎপগী মুংঙাইবতুদগী মমা-মচানা রানা শুরগা ফংবা লুপা ৫০/৬০ গী শেনফর্মাস ফংবনা য়াম্না হেন্না থম্মোই পেন্না মুংঙাই । কোয়য়েং য়েংবদা রেতুহ কোবী মথোঙদা লৈরম্মী । মাগী মনাক্তা চংশিল্লগা ইবেমহলনা হরাওনা হায়—"হয়েংদিনে কোবীসু হঙ্গামসু খরা য়াম্না পুগে; ঙশাই ঐনা পুবহু কোম্নদতুনা বাথোক ওইরে ।

—ইমানা হোংঙৈঙ্গে য়োম্থোক্লিনি ।

—কোবী অমদা লুপা ১০ য়োনববু হোংঙিবরনে ?

—কোবী পংচাউ চাউদবতুবো লুপা ১০ শিৎপরনে ইমা ?

—শিৎলে । মহুসু মুম্নরিবনি ।"

হৌন্নীবা কোবীশিংহুদা খুৎ থিল্লহুনা মখা তারকই

—"মথোয়শিংসিদি লুপা ১২ শিৎলনি ।

—হঙ্গামহুদি মপুন্দা কয়া শিংলি ইমা ?

—মপুন্দা লুপা ৩ তৌহুনা খরা য়োম্থোকএং মপুন খরা অমনা লুপা ৫ গী অনী তৌবসু য়াওখ্রে ।"

মমা-মচাগী থম্মোইদা হেন্না কন্না হোৎননীংবগী ঈথিল

কাওই। মচানা ফরকপদা মমা – মপানা হরাওজবা, লৌনা ফরকপদা লৌমীনা নুংঙাইজবা, মমা–মচাগীসু মখোয় ইংখোলগী মন্য - মশিংনা ফরকপসিদা হরাও নুংঙাইজবগী ঙমখৈদু পাক–চাউরি। য়ুমলোন্নবা চন্দ্রনা লাপ্পক্না মমা - মচাগী মতৌ, মখোয়গী বারী কল্লক - থম্মা তারি হায়বসিদি মমা - মচানা খঙ্ডি। মৈরিনা বাইখিবা পোৎতু মৈশা লাংই হায়বসিসু চন্না হিংলিবী লৌথুপ–লৌকোই লৈজদবী মমা–মচানা চীনক্না পুরি।

হৌখীবা মতম কয়াদা মমা – মচানা খজিকতুং য়াইফরকপদা নত্রগা শেন ফংগদবা উরকপদা চন্দ্রগী থম্মোইনা নোংজুথাগী তুরেল ঈচেল ওনখিবনি। মমাংগী মতমদা ঙসিগী অসিগুম্না পোৎশিং ফবা নুমিৎতা চন্দ্রগী ইমুংগী মীনা পোৎশিং ফবগী পাউদু খঙগ্রবদি মমা - মচাগী লাইবক থীবা ওইখি। হয়েংদি খরা য়াম্না মনা – মশিং পুগে হোৎনজবদা নুমিদাংদুমদি চন্দ্রগী ইমুংগী মীশিংদু তুম্নরোই। মণ থাজিন্দুনা পোৎশিংদু প্নীজথোকই। মথংদদি মমা – মচানা হুই অমা য়োকচৈ; মতুম্ন চন্দ্রগী ইমুংগী মীনা নাওরি কাপতুনা মমিৎ তাংহল্লি। চন্দ্রগী ইংখোলদা চংলুবদা কোইতান্ তান্নরগা হুইদু ফুই। নোংমদি হু য়াওবা চীঙাক মমা - মচাগী ইংখোলদা লংশিন্দুনা হুইদু পীজৈ। হুইদু হাৎতোকপ্পী। করিগুম্বা মতমদা হয়েং মনা - মশিং য়াম্না পুগনি হায়না থৌরাংলবদি নুমিদাংদা চন্দ্রগী ইমুংনা মনা – মশিং ময়ামদা তিল – হীদাক চায়শিল্লি। মমা - মচাগী মনা - মশিংদু য়োনবা য়াহন্দে।

মরক – মরক্তা মীরক – ন্যারক য়েংলুগা চন্দ্রনা মমা·মচাগী

মনা - মশিং হৌরিবশিংদু ভাগু - য়েন ময়ামদু হোইজিল্লগা শীদৈ। মমা - মচানা খঙলবা মতমমতদনা চন্দ্রনা মাগী মচাশিংদা ভাগু - যেন থাদোকপগী নম্রগা লোইবগী কপ্পিথোক্লা চৈগনি; অদুগা ভাগু য়েনশিংদু হোইজিনখিগনি। অদুবু মী লনবা মতাংদা ভাগু য়েনশিংদু অদুম মথাদোরকনি।

নোং ফাদোক হয়েং অয়ুক য়োম্নবা মনা - মশিং হেক্লগা সুমাংদা থনম্বদু চন্দ্রগী ইমুংনা হুরানবা য়াওই। করিগুম্বদা মুমিদাংদা হৌরিবা মনা - মশিং লোইনা য়ানথৎপিরম্মী। মমা - মচানা চন্দ্রখোয়গা মায়োক্লনবা থৌনা লৈতে। মায়োক্লবস্থু পামজদে। হৌখিবা থেংখাং কয়াদা চন্দ্রগী ইমুংনা শিংনরিবা মমা - মচাদু ভসি নুমিদাংবাইরমসিদা হয়েং য়োম্নবা মনা - মশিং ময়াম হেক্লগা শেম - শারে!

হৌখিবা মতম কয়াদা লোইরং শিখাং ওইখিবা চন্দ্রগী ইমুংদা ভসিস্থু করি তৌরকদগে মমা - মচাগী থম্মোইনা মীপাইরি। নুমিদাংদুমদি করি থোইদোকপা থৌদোক থোক্তে। নুমিদাংদু ওম্বোক্লা বানা হৌখী। অয়ুক অঙনবদা চন্দ্রগী ইমুংগী মী ময়ামদু লাক্লগা মমা-মচাবু হৌদোক্লে। মী লোয়নমক অশাউবনা মাংওইনৈ। হাংকে - তুপকে মতানি। চন্দ্রনা হায়রকই— "ইবেমহল নখোয়না তৌরিবসি করিনো? মীগী মপোৎ মরল অহুক য়াম্না পাম্নিবা করিগীনো হায়বনি? কোবীফুল তরাদু হুরান্দুনা য়োল্লগা নখোয়বু ইনাক খুল্লগদ্রাও?"

ইবেমহল মমা - মচাদু ইঙুক-ঙকই। চন্দ্রগী ইমুংগা য়েংথিননবা থৌরাংলক্কবনি। চন্দ্রখোয়না খৎননবা মচাক থীরবস্থ

মখোয়না নাথৈরক্লি। তুশোন্না হিংবগী মথক্তা অমুকস্থ তুশো-নবগী মতৌ উৎপা তারি। অকিবা উংলথুনা ইবেমহলনা হংলকই— "করি তৌরগে? ঐখোয়বু ভাব তাদ্রেনে।"

মাগী বাহু হায়বা লোইহিদ্রিবঙৈদা লাক্লিবশিংথুনা অকল অরিং শিংথুনা মানা-মানা থোকপা পংতাংদা ডাংলকই। চোংশিন্নক্লগা ফুগে তৌগদবা মতৌস্থ য়াওরকই। মখোয়বু খামজিন্দুনা চন্দ্রনা হায়— "নখোয় তুমিন লৈখো; খরা কান্নগদ্রা থন্দনা হুরাম্লিবনি। হৌজিক্তি হুরানবা ফারে ঐখোয়গী পোৎ ফংলগনি। ইবেমহলদা ওনশিন্নগা চন্দ্রনা মথা তারকই— "ইবেমহল, য়ুমলোন্নবনি, মীগী মমাংদা অতাক অফোঙনবহু ঐ পামজদে; নখোয়স্থ ইকায়বা নংগনি। মী খঙনদ্রিবঙৈদা ঐখোয়গী কোবীশিংহু পুখোরকউ।

—কনাগী কোবীনোনে হায়রিসিবো?

—ঐখোয়গী কোবী; নখোয়না ওরাং হুরানবদো।

—ঐখোয়দি হুরান্দেনা।

—হুরাম্লি হায়বগী শাক্তিনা চাউনা লৈরেনে ইবেমহল; চেনবা য়াররোই।

—করিনোনে হায়রিসিবো? ইমুংদা লৈরিবা কোবীশিংসিদি ঐগী ইংখোলদগী য়ানবনি।

—নং মরৈ-মরা য়াম্না তৌদোরিমান্নে ইবেমহল। মৈরা পায়বী তাক্লগা বায়েলহল্লুরা। নংনা ফনা হুরান্দে হায়রবস্থ মীয়াম্না থক য়াররোই। য়েংউ কোবী মনা তারিবা ময়ামনে।"

চন্দ্রগী ইংখোলদগী ইবেমহল মমা – মচাগী শুমাং ফাওবা কোবী মনা পরেং শানা তারি। কোবী পুবদা মনা তাহৌ-বগী মওংনি চন্দ্রনা মায় পাকপগী মখোই কারবা য়াঙ্যাংনা হায়— "হৌজিক্তি নয়া কুম্নৈনিনেঃ চেনকম লৈগ্রেদনা। কাম্নরোই ঐখোয়গী কোবীশিংহু পুথোরকউ।

—কনাগুম্বনা হুরান্নগা ঐখোয়দা হুরানবা শি - নবা তৌবা ওইরমগনিঃ ঐখোয়দী হুরান্দবা অশেংবনি।

—মসিগী মুলীসি লাইমহু অনম কাল্লিদাঃ শাক্নিনা অস্তুক ফজনা লৈরবসিদা হয়াক্নে চেন্নিনে। কনা কনানো ইমুংদা চংঙু ঐখোয়গী কোবীহু পুথোরকউ।"

মখোয় অনি–অহুম চংলগা মমা–মচানা রোম্নবা থমজবা মনা–মশিং ময়ামহু চায়থায়রে। কোবীশিংহু পুরগা চংগ্রে। তুশোন্নরুবদগী মমা–মচাহু মরাল ইরৈ লৈতনা মরাল লৈবা মীওই ওইবা তারে। মখোয়দা নত্তনা তুশোন্নরবী মখোয়গী মরল ওইরুবী মনা - মশিংশিংহু লৈমায়দা ইচায় চায়রি। কদোমদগী হৌরকপনো খওদনা মমা–মচাগী মীৎতা পীগী ঈচেল ঈহৌরকই। চায়ম্নিবা মনা–মশিংহু অমমমতা খুনজিল্লি।

তাং ৭ | ১০ | ৯০

# মরী-মতা

"থাবল্লে." "ও থাবল্লে." "অঙাংশা থাবল্লে লৈত্রা ?" মালিকানা কোম্থোংদগী কৌরকপসি কনাসু তাদমাল্লে খুম্নক্তে। অঙাং ৪/৫ না শুমাংদা অমাং-কৈরোয় শাম্নরিবছুনা কৌরিবসি তাদনবগী মরম অমা ওইরে। য়ুমগী মনিংদা থবক শুরিবী থাবল্লেনা মাগী মিংবু মুপী অমনা কৌবতু শেংলম - শেংকাৎতনা তাই। মাবু কৌবা ওইরম্লোই খল্লুবনা মদোমদা পূক্নিং চঙশিল্লুদে। মাবু কৌবীনবা মীসু লৈতত্রা খল্লি। কৌখি কৌখিদে অশেংবা খঙনবা থাবল্লেতু শুমাংদা থোরক্লে। শাম্নরিবা অঙাংশিংতুদা হংই— "অঙাংশা নখোয়বু মীনা কৌরকপা তাখিত্রা ?"

মানা হংলিবতু কনামত্তনা খুম্নক্তে; মখোয়না শাম্নরিবা অতুদা পূক্নিং চংমনবদগী হংলিবতু তাদে। থাবল্লেগী মশক উবতুদা থোঙ্গালদা লেপ্লিবী মালিকানা অমুক কৌরকই— "থাবল্লে ঐনা ঙশাইদগী কৌরিবসি তাদ্রা নংবো ? সিদা অমুক্তা লাওনে।"

মালিকানা অসুম্না থাবল্লেখোয়গা কৌন - ঙাংনবসি কুইদ্রি। মরক অমদি উনবদা কৌনদ্রবদি ফজদে হায়খিনি মতাঙ্গুম

মিংদমক কৌরম্নগা বা মখা তারমদনা চৎখিবনি। হন্দকসি খরা নকশিন্নরে। হান্নগুম্না তোরোৎ-খদানরে।

মালিকানা কোম্মোংদগী থাবল্লৈবু নম্রগা থাবল্লৈগী মচাবু কৌরক্কনি। বাহৈ অনি-অহুম ভাংনরগা অভাংগী ভামোক (অহোংবা মখল) পীগনি। অদুগা বা খরা ভাংনরগা থাবল্লৈগা য়ুমদা চংলক্কনি। মানা পাম্বা য়েন্সাং-নাপী পুরগা চৎখিগনি হান্নগী মওংসি তৌরকপা য়াই খন্দুনা থাবল্লৈনা হায়— "ইনম্মা চংলকখো; ভাইহাক্তসু ফমখিসি।

—ঐ ফম্বা য়াদ্রে; অতৈ-অতৈদা চৎলুখিগদবনি।"

থাবল্লৈদু কোম্মোং য়ৌনা লাক্লে। মালিকাগী মনাক্তা লেপ্লগা হংই— "ইনম্মবু কদায় চৎলুবনো?

—কৈথেল চৎলুবনি; খোংদ্রুম অমত্তা লৈগে হায়দুনা তৌবনি অমত্তা হেক থোকহৌদে।"

কৈথেলদা য়োল্লম্নবসু মীনা পীনবা মমলদু পীনিংদে। মানা পাম্বদি লেন্না লৌবনি। লৈবদসু লেম্না লৌবগুম্না লৈনিংই। অদুনা কৈথেলদা খোংদ্রুম ফংদবনি। থাবল্লৈসু মরক-মরক্তা খোংদ্রুম য়োল্লি হায়বসি মালিকানা খঙই। লৈরম্বা য়াই নীংদুনা লৌনবা চংলকইবনি। লেম্না লৌদৌরিবনি করিমত্ত পুশিন্দ্রবদি ফজদে খন্দুনা ভামোক খরদি পুরকই। ভসিসু বুজিবা পেকেৎ মচা খরা পুথোরক্লগা পী— "সে অভাংশিংগী অচাপোৎনি।

—য়ুমগী অভাংশিংগী পুবিরোদনা ইনম্মা।

—মখোয়গীসু য়াওরি। অতুদি ঐ চৎলগে খোংদ্রম্নে থীরুথি-
গদৌরিবনি। কনাদবু পাল্লমগদবনো খঙগ্রে।

—কৈদৌনবা খোংদ্রম্নো ?

—নং তাদনা চম্ফৎ চানিংই হায়বা কুইরে। ঙসি পীজগে
তৌবনি।

থাবল্লৈগী য়েক্সাং — নাপী লৌরক্লি নং তাকচৌনা চানিংই
হেক্তা হায়। মশি মবুংগী অপাম্বা নত্তে, মালিকাম্পীনি হায়রম্মি
থাবল্লৈনসু খঙই। অতুবু খঙশিন্নদে। মাঙ্গিকানা পীয় হায়-
রিবমথৈ পীশি। নত্রগদি লৈনরিবা মরী - মতাগী ঈচেলসি
লেপকনি। মরক অমসু মশিগী ঈচেলসি লেপলুরে। মতম
থরগী মমাংদা থাবল্লৈগী মুপাসি সুমিদাংদা মশা কয়া ঙমখিদে।
মালিকাখোয়গী লৈকায়দা লৈবা ডাক্তর অমবু কৌতুনা য়েংহল্লি।
ডাক্তরতুসু সুমিদাং ওইরবসু লাক্লগা লাইরেংখিরে।

হৌদাক লৈনবা শেন লৈতে তাবদা মানা হৌদাক লৈবি-
রম্মই। অনাবতু ফক্লিবা ফাওবা নোংমগী অমুক্তা লাকপীরমই।
ডাক্তরতুগী মথৎতু আয়রবা মী খুদিংমক্তা চপ মান্ননা তৌরা
ঙাক্তনি। মাগী খোঙ্গালতু থাবল্লৈখোয়গী মফমদা খোয়মকাওয়া
থোকই। অনাবতু করবা মতমদা ডাক্তরতু মখোয়গী অট্রৈবা
চাক - য়েন্সাংনা চাক কৌথি। দক্ষিনানা খুদৈ অমা তৌই।
নোংফাদোকসু ডাক্তরতুগী মুমগী থবক শুবিরুই। নোংজু
পাম্বাদা লবুক্তগী ঙা ফারকপদা ডাক্তরতুগী শরুক থুংই। মসি
পূন্নমক মালিকাগী খোয়দো থীৎপা থৌদৌনি। হেক পোকমি-
ন্নবা মবুংদদি অসুম্না তৌদে, লমদানবা, মরী - মতা থোক্লদবা

মীতুমদি তৌই। মসুম্না খল্লুবদগী মালিকানা থাবল্লেথোয়বু য়েক্লবদৌনা খল্লুই। অদুবু থাবল্লেনা মনম্মনি (হেক পোকমিল্লবা মবুংগী) খন্দুনা থম্মোই শেংনা তৌফম থোকপা য়াঁরীমতাগী চৎনবীদু তৌবদগী মথন্তা ইকায়রক্লুনা মালিকানা থাবল্লেথোয়গা চান্নরকই।

মালিকাগী অপাম্বদু খঙলবী থাবল্লেনা মালিকাদা হায়রকই— "ইনম্মা, খোংত্রেংমদু ঐথোয়দগী পুখ্রো চংঙ্ংরসি লাকও।

—নথোয়গীবু পানব্রনে?

—পাল্লিং; কৈথেলদা থীরুব্রবসু ঐথোয়দা হংলম্নবদি অরেম্বদা য়ারমলোইদবনি।

—খঙদবনিনে। নথোয়গীদা লৈরবদি য়াম্না ফরে। কৈথেলদগী লৈবসু শেন, নথোয়দগী লৈবসু শেন; অমত্তানি।

—ঐথোয়দগী লৌববু করিগী শেম্লোনে ইনম্ম; তাচৌনা চাববু মমল পীদুনা পীজে হায়ব্রদা?

—চুমইদা অদুসু। নং তাচৌনা নথোয়দগী খোংত্রেংম পুরকই তাবদা ওম্থোক্লা হয়াওদৌরিবনি।"

মালিকাদু মানা পামজবা মরী-মতাগী য়াঙাং তারে পোংসু ফংলে। হাইফেৎ হয়াওজরে। মকা লাম্নিবা মাগী থম্মোইদু কৈদৌঙৈ ফাওবগীনো হায়বা ঙমদ্রে। মানা পাম্নিবদু ফংলবনিনা পম্মদ্রে; চৎলগে তারুম্লগা চৎশ্রে।

তাং ৬ | ৩ | ৯৮

—(※)—

# লাইয়েং

অয়ুক্কী পুং ৮ তারে । মণি তুম্বা হৌগৎত্রি । মাগী মুপী ফজবীনা ফমাঙদা লেপ্লগা কাংখলদু হাইদোকই; অদুগা মণিবু হৌদোকই— "হৌগৎলো থেংঙে; য়াত্তাবা নাকলদুমা পংপু পংলম্মনি।"

লোঙনা হিপ্লম্বদগী ফজবীরোমদা চেপ্লগা মণিনা হায়— "ঐনা হৌজিক ফাওবা হিপ্লিবসি হিপনিংদুনা হিপ্লিবনি; হিপ্লিংদ্রবদি ঙসাইনা হৌগৎলকঅদবনি।

—অম্মুক থেংল - ফাওবা হিপ্লিংলবদি লায়মম্মু হিপ্লিংমল্লে।

—অরুবা বাখল অমা খল্লিবনিনে।

—য়ুমদগী ঙন্না ওফিস কাবা৹ ওফিসতনা থেংনা য়োবা; ওফিসতগী ঙন্না হনখিবা৹ য়ুমদনা পুং ৯ দা য়োবা। মসিগী হৈনবীসি তোক্লসি নত্রগা হেনগৎলগে হায়বগী বাখল্লা খল্লিদুবো ?

—মরৈ হান্না তৌরকখিন্নু মমা; ইংনা - তপ্পা ঙাংনসি।

—ঙসিদি ওম্মোক্লা ইং - তপ্লে; তোম্বীনৌগীদা ঙরাং পোরোং থোংবা চারকপনা ওইরমাল্লে।

—কৈনোনহৈ নংনা মী শিবা য়াবা বা ঙাংলিদুবো ?

—নংনা ঐবু হিংনা - হিংনা শিহল্লবস্তু নংগী অরোনবা থবক থওনবা লাইনা ঐঙোন্দা পাঙ্গন পীবি। অতুনা ঐস্সু নংগা তোম্বীনৌগা পোরোং থোংবা চামিন্নবতু থওভে।

—নংনা পোরোং থোংবা চানিংলগা ঐঙোন্দা শেন্নান - তুরান ঙাংগন্নু।

—ঙরাং মুমিদাং য়ুমগী চাক চাত্রিবতু ওফিসতা চাক চানৈ হায়বদাই ?

— চানৈ; য়েন থোংবনি।

—ওফিসতা চাক চানবা খুদিংগী য়ু ভাওরগা হল্লকপা মোই-মপানা ঙরাংদি থক্লকত্রিবনা করিগীনো ?

মণিতু খুম্বা ঙমদ্রে। খুদক্তা পাউখুম থীবা ফংদ্রে। ফজবীনা মখা তারকই— "ঙরাং মোইমপানা তোম্বীনৌগীদা পুশিল্লিবা পোরোংতু ঐখোয় ইমুংনা চারদি চারা অনি চানগনি।

—ফরে তোক্লাসি; চাক্তুম থোংঙো।

—চাস্ত নীংথিনা চাবিরোইদবা ঐনা থোংবা চাক্তু থোংহল্লিং-লিব্রনে ?"

মণিনা অয়ুকী চাকসি ওফিস নংলরোই হায়শিন্নতুনা অয়াম্বা মতমদা চাদে। চারবস্তু খজিক্তুং চারগা তোকই। তোম্বীনৌগী পান - তুকান্দা চায়। মুমিদাংস্তু ওফিসতা চাক চানরকই, নোংমনা মমান্নবগীদা চারক্লে, নোংমনা মমান্নবশিংগা পার্টি তৌরকই হায়তুনা য়ুমগী চাক ইচা - চাদ্রে। ঙরাং য়ুমথংনবগী মুপামচা ( মচা থোকপা ) অমনা ফজবীদা য়েংসাং

থীল্লক্কবগী বাকৎলি। নুপামচাত্তু মণিনা পোরোং অচৌবা লৈখিবা উহৌই। মহৌশাগী য়েন্নাং থীন্নবগী চৎনবীত্তু পাঙ-খোক্লক্কবত্তুদা মহাক্না ফজবীদা ওইনজবনি। ফজবীনা উয়ান উৎপা অমদি মণি হল্লক্কবত্তুনা পোরোং থোংদে হায়বত্তুমদি প্রমান তৌরে। অত্তুবু ফজবীগী থম্মোইত্তুদি খোইরাং-খোইশাং-উনছৌরে।

মণিগা নকশিন্নথিবদগী তোম্বীনৌগী ফিভম য়াম্না ফগৎখ্রে। ফনেক শেগায়বনা ফদি ওইরম্বত্তু টাউয়েলনা ওইখ্রে। লুক্রোক্না চাক থোংলম্বত্তু গ্যেসনা থোংলে। শেল্লেপ থাদনিংঙাই লৈতবদগী পোৎ থম্বা ঙম্নমদবা তোম্বীনৌগী পান ত্তুকান্দু হৌজিক্তী পোৎনা থনখ্রে। তোম্বীনৌগী লন-থুমত্তু কল্লকউদে; মণিবু নুপী অনিগী মপুরোইবা ওইরক্কদবসিনি ফজবীনা থাংঙ-মন্ত্রিবদি।

মানা লোৎনা তৌরিবা পুম্বা ফজবীনা খঙলে হায়বসি মণিস্তু ভাব স্তারে। লোৎশিনবগী নক্রগা মীনমত্তুনা ঙাংনবগী কান্নদ্রে! মথা তানদবনা ইফ-ফরে নীংলত্তুনা নণিনা হায়— "চৎলো চাক্তুম থোংঙ্রো; মকম — মরাং খঙদনা পংপা পাখৎকন্নু। ঐহাক নংগী মাংনবা থক তৌরোই মসি থাজোকো।"

মাংনবা তৌরোই হায়রিসি থাজবা য়াবা বাকম নত্তে। নুপাগী মীৎয়েংগা নুপীগী মীৎয়েংগা য়ান্না চাউনা খেন্নৈ। থোঙজিল হেক কাম্থোকখিবদা চাকথুমদগী অমোৎ - অকাই মরক্তা থবক তৌহৌরিবী মাগী নুপীত্তু নীংশিংদবা নুপাগী

মশীং য়াম্না লৈ। অতুবু ফজবীচু বা মথা তাম্নমদনা চৎল্লে। চাক লোইরে। ফজবীনা চাকথুমদগী কৌরক্লনা মণি চাক চাবা চংলকই। মচাশিংদি লাইরিক তম্বা চৎনখ্রে। চাকথুমতুদা মবানিত্তা লৈ। মণিচু ফজবী উবদা ভক্লে। চাক থোংবদবু মায়দা পাউদর, চৌম্বালদা লীপষ্টিক, খজাইদা, অঙাংবা মচু, অহুনবা ফনেক, ফুরিৎ, ইন্নফি, মচু কয়াগী খুজি, নাদা সনা, ভস্কা লীক, খুৎশাদা খুদোপ, ফিশিংদা এসেন্স মনম, কোক্তসু অরোনবা রুমাল। পুম্নমকসিবু করেম্নরিব্রা? পান্নিংগুম-পান্নিংদগুম তৌরবা খুৎশানা পুথম-তেম্বোংশিংচু মফম চানবা শিন্দোক-শিঞ্জিল তৌরিবী ফজবীনা হায়রকই—"ফিদাসিদা ফম্বীরো; চানবা তৌরসি ওফিস থেংব্রিব্রা?"

হাম্নদি উগী কাল মচাদা ফম্বনিং ভসিদি তোম্বীনৌগীদা ফম্বা ফিগী ফিদাক্লগা মান্নবা থারম্মই। মণি ফম্বা ইকায়গুম হুঙ্গোয়বগুম তৌই। ফজবীনা মনিগী খুৎ পান্নরগা চিংথরে। ফমহুল্লে। য়েন্সাং তোংলবা চখোম অমা মণিদা ইল্লগা হায়— "য়েন্সাংসিবু চাবা য়াগঞ্রা খঙদেনে। অরৈবা অমা হেক্তা থোংলবনিং হোরেলদি ভা থোংগেং হাওনা চাশি।" বাহৈসিমক তোম্বীনৌনা হায়খিবনি। মতুদা মণিনা খুমখি "ভাচু ঐনা লৈরক্লগা লোইরেদনা।"

ভসি ফজবীনা মাঙোন্দা তৌরিবসি ইকায়বা পীবগুম্না মণিনা খল্লে। শাউশিন্নরতুনা হায়রকই— "করিনো নংনা

তৌরিসিবো ? চাক চাদনা চৎপ্রো হায়রো ?
—ঐস্থ তোম্বীনৌনা তৌবতু হৈ উংপনিদা। খেন্নবা হায়বনু ঐদি নৈশাবী ওইনা মোইমপানা লৌবনি; তোম্বীনৌদি মৌ হল্লকপনি। অদুগা ঐদি মোইমপাগী নচান্নুপা নচান্নুপী পোকই, মাদি পোক্কে।"

অসি হায়রগা ফজবীতু থোকপ্রে। মনাক্তা অংগম নৈরবদি শাউনিংলক্লুনা মণিতু চাক চাদনা য়াই। মণিনা চাক তোকপগী অদুদা তোম্বীনৌনা মণিদা হেক-হেক পীবা টাউয়েলদুগা চপ মান্নবা অমা ফজবীনা পীরগা হায়—
"খূৎতু, পুখমদা হেক্তা হাম্বীরো। খূৎ তৈথোক্লবা টাউয়েল সিদা নৈরে।"

মসিগী রাহৈসিস্থ তোম্বীনৌনা হায়বতুনি। মণি তৌফম থঙদনা নৈরিঙৈদা ফজবীনা কা ময়োম মঙা পুথোরকই। ময়োম অমা পীরগা হায়— "মসিনা হৌজিক চারসি; অতৈ-সিনা হোরেন ওফিসতা চাবীরো।"

রাহৈসিমক মণিদা তোম্বীনৌনা ইতৎ-তংতনা হায়বনি। মণিতু ফজবীগী মঙংসিদা শাউনিংবদি লায়রদনা নোক্লিংবা ফাওরে। সুংস্থ সুংশিরক্লে। মখোয়নিনা চেনবা সুমিংকী সুমিদাংগী থৌদোক্লু তাঙ্গাতুদা নীংশিংলকই। ফজবীগী মবুং-মৌপা'শিংনা মখূৎতা চৈ পায়তুনা মখোয়গী থৈফম ওইরিবা

য়ুমহু কোয়শিল্লকই চেনকম লৈত্রহুনা ফজবীহু কোৎনুংদা শো লোনশিল্লগা লৈ। ছো়দাংগী অমাংবা অপেৎপদা ফমজিল্লু-বদগী নমথীবা মনমহু খাংবদা ফজবীহু অৱাবা ওইখিবনি। মণিহু মাইরেন শগায় মথাদা লোৎপদা য়ুমু মুপীহুনা খুৎচুম হৈজিল্লকপদগী মশাহু চোৎখি। খল্লুরগা মণিহু নোকথোরকই। ফজবীদা মণিনা হায়রকই— "নংহু ফনদি বানা হোৎনজরিনে। কৈ, নংনা হোৎনজবগী মহুয়হু শোয়দনা ফংলবা য়াই।"

তাং ৫।৩।৯৮

—(✱)—

# দাকু

গুনো হায়খুলগী ওজানি। থা তরুক্কী ওয়ের থোক্লুনা ওজা ওইরকই। তলবস্থ থা খুদিংগী লেপ্তুনা ফওইঃ তৌবতদি হেদ-মাস্তরুনা পুবিরকই। মশানা থক চৎলগা লৌরুদে। হেদ-মাস্তরনা মানা থোকপা পুরকে লাকম্ন হায়রুনা গুনোবু তকক লৌবা লাকহন্দে। গুনোস্থ ওজাশিংতুগা তলব য়াম্না মান্নদবতুদা ইকায়তুনা চৎনিংদে। মাগী থবকসি এড-হোকনি হায়। থা তরুক্কী তুংদা অমুক শাংদোক্কদবনিস্থ হায়খিবনি। মাগী থবকসি ফওনবা হোৎনবদা চহী অনি চংখি। মপানদি শেন তীংনা বানোম্নগা থবক তৌগম্নঃ নপাঙ্গন নরৌশিংগী মতেংনা সরকারগী থবক ফওনবা হোৎনৌ হায়তুনা গুনোনা থবক্কী বানোম্বদা য়াম্না কন্না খীংখি। গুনোনা য়াখিদে। মমান্নবশিংনা থবক তৌবতু উরগা মাগী পূক্লিংতু লাংতক্লেঃ সরকারগী থবক য়াম্না কন্না তৌনিংই। তাপ্তরুদা মথোয় লৈকায়গী মথুরা মোধুনা মাগী লাংতক্কবতু থম্মোই হাপ্লকখি। মোধুগুম্বা মীনা গুনোগুম্বা লাংতক্করিবা মীগী থম্মোইবু মায়-থোং য়েংলগা খঙবা ঙমই। করি বাহৈ হায়রগা গুনোগুম্বা মীগী পূক্লিং পেনগদগে অমদি থম্মোই পেৎকদগে খঙইঃ মতুদা শীজিন্নগদবা বাহৈ-বাতা মরাং কায়না লৈ।

নোংমা গুনোনা লম্বীদা চংজিভৈদা লম্বী মপানগী হো-ভেলদা কল্লম্বা মোধুনা কৌশিল্লকই— "ইবুংঙো গুনো চা থক-খিসি চংলকখো লাও।"

গুনোগী চা কৌরগা য়াম্না খোং-নৌনা, নকুবা মরি-মতা অমগুম্না মোধুনা ঙাংলকই— "ঐ নংগা উম্নগে থল্লকইবসি কুইরবমি।"

হোতেল ফম্বীমা পুথোরকপা চাহুদা খূং খীল্লহুনা মথা ভাই— "চাহু থকউ ইবুংঙো, বারী অস্তুম শাসি।

—খুরা করি বারী নৈবগে ?

—স্তুমদৌখমি; হন্দক হায়স্কুলগী ওজা থরা লৌগদৌরি। লা-ইরিক থরা কনা হৌরকপা নংবুস্থ ওজা ওইহল্লিংই। নত্তে নংবু য়াওনবা হোংনহৌগেরা ?"

গুনোদি মরক-মরক্তা পরিক্ষা ভমদবা য়াওখি। মোধুনা লাইরিক কনা হৌরকই হায়রকপসিদা ফেল-ওইখিবা পরিক্ষাহু ইমুংগী ফিবম ফত্তবা মতাং থোকপননি থল্লক্লে। গুনোনা চা গ্লাসতুমা লোইনা থকপদা মোধুনা স্থংলেপ-লেপ্তুনা বা ঙাংই। গুনোগী থম্মোইদা ফাওবা ওজা ওইনিংবগী ঈথিলহু হাম্নদগী শক্তক অহুম ওইরে।

গুনোনা নীংজিং-মাংজিংনরহুনা হায়— "খুরা ঐ য়া-ওবদি য়াওনিংই; অদুবু ঐগীদি খানোন্নবা শেনফমহু নৈতে।

—অরৈবদগী পুরগা পীগদবনি; মী অতৈস্থু পুনবা ঙাক্তনি। শিংবস্থ তল্লব ফওলগা কোক শিংলগা লোইরেদমা। য়াম্না

থুনা ওডর থোকনি; শেন্দোয় কুইনা পুরোই ।"

থাজরবা গুনোনা অরৈবা ষন পাবোৎ য়োল্লগা মমাগী সনা কায়রগা অমদি মীভোন্দগী অবাৎপদু পুরগা মোধুদা বানোম শেন্দু পীখি । মদুগী মুমিৎতুদগী মোধু উন্নবা ফঙদ্রে। নোং - ফাদোক উন্নবদা গুনোনা বা ভাংলক্তি_ভৈদা মোধুনা হান্না হায়— "নহালমথৈ উন্নদবসি নং ঐবু ফত্তনা খল্লম্মনি। ঐসু নোংমতং মুমিদাংদা ওইরবসু নখোয়দা লাক্কে খনবনি। মুকশং হেক শংদে ইবুংঙো । ভসি উন্নবসিদা নংগী থবক্তী মতাংসি হায়রগে। নহালমথৈ ঐনা চৎলিবসি নংগী চে - চাং ময়ামদু ওফিসতা থাগৎলিবনি। ইদুকেসন ডাইরেক্তর, ইদু- কেসন মন্ত্রি; অদুদগী চীফ মিনিস্তর মথং - মথং চৎলিবনি । খরা থুনবা হায়দুনা ঐনা চে-চাংদু পুরগা চৎলিবনি; অদুনা নংনা ঐগীদা লাক্লবসু উন্নবা ফঙদ্রিবনি। ভসি নোংম নীনি- সিদদি শোয়দনা থোক্লগনি । বারবসু বানা মুনিৎ নীনিদি ভাইরোকো ”

পম্বরমদনা চৎখি; য়াম্না থুরবা মাল্লি। গুনো বা ভা·বা নংহোদে থম্মোইদবুদি খজিক্কং হুরাওই। অসুম্না চহী অমা মথায় হোৌরক্লে । ইমুংগী মীশিংনসু গুনোদা ভাংবা চৈবা হোৌরকই— "মানসু কায়বা থবক্তী ওর্ডরসু থোক্তবা নংনা তৌবসি নাতৈ চাদে। শেন্দু হন্দোক্লবা তৌহল্লু।"

গুনোসু শেন্দু হন্দোকহল্লগে চপ য়ুংনা খল্লে । ফনা য়াম্না মোধু উন্নবা হোৎনরবসু উন্নবা ফঙদ্রে। মোধুসু গুনোনা

তৌরক্কদবত্থ চাওরাক্লা খুত্তবদগী নুমিদাং থেংনা য়ুমদা হৃঙ্গিনবা অহিংদা হৌগৎলগা চৎথোকপা তৌই। কাম্নররোই খুত্তত্থনা মোধুগী কোংতগী ফোত্থ লৌরগে খল্লকই। যণ গাড়ী পুরগা অয়ুক অমদা লাক্লে। মোধুগী কোংতু ফনা চাউই; ফোবোং ফনা য়াম্না য়াওরমগদবা মাল্লি। কোং মনাক্তা উচেক্লা নত্রগা উচিনা চাবগী রাই তারি। কোংকী থোংত্থ (শোগী) রাইখু অচৌবা অমনা লোল্লি। নম-হাত্থনা শোত্থ হাংহল্লে। কোং কারগা ফৌ খাইগে তৌরুবদদি কোংতুমা থন্না রাই ভাক্তা য়াওরমই।

নোংমদি গুনোত্থ অয়ুক অভনবদা লাক্লগা মোধুগী মাঙ্গোন্দা ফক অমদা ফমত্থনা লৈরে। অয়ুক্কী চাক্তু মোধুগী নুপীনা চাক লোইবা য়েংলগা চংশিন্দ্রনা চায়। নুংথিলস্তু মাঙ্গোন্দগী হেন্দোক্লে। মোধুগী নুপীনা চংথোকপ্রবস্তু মাদি ফক্তা অত্থম হিপতুনা লৈহৌই। নুমিদাংত্থ মোধুগী নুপীনা চাক লোইবা য়েংলগা চংশিন্দ্রনা চায়। মথংগী নুমিৎতা মোধুগী নুপীনা চাক্তু খজিক্তুং থোংবক্সাংনি। য়াম্না থিরক্লে। অত্থবু গুনোনা হাম্না চারে! ইমুংগী মীনা চানবা লৈত্রত্থনা কোন্না অমুক চাক থোংগংনৈ। নুমিদাং অথেংবদা য়ুম হৃঙ্গিনজরম্বা মোধুত্থ হৃঙ্গিনবা ভমদ্রে। উপায় লৈত্রত্থনা ওজা ওইনবগী ওর্ডরত্থ মোধুনা পুরক্লে।

থা তরুক্কী ওর্ডর থোকপত্থ মতম নহাল লোইখ্রে। মথা তানা ওজা ওইনবা ইত্থকেসন দিপার্টমেন্টতা চৎলুবদদি শাশিন্নবা

ওর্ডর ওইরমই। সরকারনা থোকপা ওর্ডর নত্তে; মরী লৈনদে হায়রকই। গুনোনা মানা পুরিবা হায়স্কুলগী হেদ - মাস্তরনা হংলুবদা অস্থুমা খুমকই— "মোধুনা চে-চাং শেমগা থোকপনি ইবুংঙো; সরকারগা করিস্থু মরী লৈনদে। তলবস্থু মোধুনা থা - থাগী পীরকপনি।"

গুনোহু করি তৌগদগে মকম - মরাং খংদ্রে। মোধুবু মখা তানা উমখিগদ্রা? মাদি থা তরুক্কী ওর্ডর থোক্লে; মখাদি গুনোগী শরুক ওইজরো হায়গ্রবনি। চুপ্পা লানবা থা - তরুক সরকারগী হায়স্কুলদা ওজা ওইহল্লে। তৌরিবা পুংসি য়ুমগী মীনা অমদি লৈকায়গী মীনা তারকপা মতমহুদা ওইগদৌরিবা ফিবমহু গুনোনা ঙাইহাক্কুদা ৱাখলনা লামশিন্দুনা খল্লকই।

তাং ৪ | ৫ | ৮৯

—(৩)—

# খুৎশেমগী ঈচেল

নুপী অমনা কৌরকপা ঐনা ওফিস কাদা লৈরিঙৈদা ভাখি। খোলজেল অদু তাবদা খঙহৌদনা ইশাসি করিনোমা তৌই। থম্মোইদা হরাও-নুংঙাইবগী মিহুন চোংই। য়েংথো-কখিবদা নুপীদু লৈরমদ্রে। য়েংলুনবা ঐ হৌগংলি। ঐনা থোংজিন য়োৌবদা চা পুরগা চংলকপা তাথোইবগা থেংনৈ। ঐনা লাংতক্পনা হংই—"তাথোইবা নংনা লাকপদা ঐগী কা অসিবাইদা নুপী অমকা থোকখিবা উহৌব্রা?

—উহৌই; ঐগা অসিদা থেংনরমই। য়াম্না ফিংনা চংখি। অসিবাই য়োৌরম্নি।"

মহাক ঐঙোন্দা করি গুম্বা অমা হায়নীংহুনা লাকপা ওইর-মগনি। তাথোইবা লাকপা উবদগী হায়গদবা ইকায়হুনা হনখিরম্বা তারে। মাগী মমাদু নারিং অনা লায়েংশঙসিদা লৈ হায়। ঐহাক থবক চিনবগী মিংদা নোংমতসু চংলুদে। তাশংবদি ঐগী নুপী রিতানা চংহন্দবনি। ঐবু কৌরমলিবী নুপীদুগা পাখং লৈশাবী ওইরিঙৈগী মরীদু রিতানা খঙই। থম্বল চাউ-বদগী চংহন্দবনি। ঐসু ঐগী নুপী রিতাগী মায়োক্তা নুপা

থোক্কপা থৌনা উংঙমদে। ঐগী থবক মাগী মপাবুংনা হাপ্পনিঃ ঐগী ইমুং মপামলোমগী চাউরবা মতেংনা ঙসি ফাওবা ৱাংত-পাদনা লৈরি। মসিনা মরম ওইদুনা ঐগী নুপী৹ চৈরাক কনবা মিলিটরী-কমান্দেন্টকী শক্তম লৌরক্লি। ইমা ইচানা অচম্বা সিপোই ওইদুনা হিংলি। তাথোইবনা হংলকই—

"নুপীমচাদু তান্নকুখিসিরা?

—তান্নকুরম্ম তাথোইবা। চংগ্রবনিনা মহাক অমুক হল্লকউ য়াররোই।"

মাগী মথৌ লৈত্রবনিনা; তাথোইবদু চা থনম্নগা থোকব্রে। ইশাদা চা থক্লিংবা ফাওদনগুম্না তৌই। মাংদা লৈরিবা চে-চাং ময়ামদুদা পূক্লিং চংব্রে। চৌকীদা ঙাথরে মায় নোনথংতুনা করিগুম্বা থরা মওং-মরিল নাইদনা খনবা হৌই।

ঐনা লৌরিবা নুপীসি মেদীকেল দাইরেক্তরগী মচানুপীনি। ইমানা খোইদাবা লৈকায়না ঙক্লবা নুপী থোকই। হৌজিক্তি ঐখোয় ইমাসে ঙৈহাক্তা পোত্থাদে; লৈতোন কোনবী৹ থবক তৌবী মমৌ ইবেম্মগী য়াথংদা। মমৌনুপীগী য়াথং ইলহৌদবা নত্রগা মতম শোয়নরবদি ইমাগী চাক-য়েনশাং খাক্তবা৹ লুখাক পীজবা য়েনশাং য়ামদ্রগম্ম ইমাগী শরুক্তু ঈশিং হৈজিন্নগা পীজবা ইমাগী লাইবক্তা তম্মক্লবগুম্বা তোয়না থোক্লক্লি। ঐহাক ঐগী নুপীদা কয়া কন্না চৈনীংদবা ফাওরকপগুম তৌই। পাথং ওই-রিঙৈদদি ইমাদা কনাগুম্মনা খোল থজিক্তং কন্না ঙাংবদা ওনশিন্দুনা খংনবা ঙমখিবনি। লুহোংলবা মতুং ইকুই কুইদনা ঐহাক অনম-

অহা চুরবগুম তৌরে। মন্ত্র-যন্ত্রনা শুন্নবা মী ওইরব্রা খঙত্রে। ঐনা ঐগী নুপীদা চৈবদা নুপীনা চীন্থক্লা খুম্নত্নু ঐহাক য়ান্না কিবগুম্না তৌরে।

ঙসাই অয়ুক ফনা ঙল্লিংদা রিত্তানা হায়— "ইমা চাক্তো থোংবিরুরো ; থবক চৎলমদাইদা নংবোই নংদবোই চাবসে য়ান্না মুংঙাইতে।

—হোয়নে ! হোয়নে ! মরোইসে নাপীনা অমুকতোয়বা লোইরে খরা ফুক্কৎপীরমগে তৌবনি।

—ইমাগী থবক্তো কোন্না তৌবিহৌরো ; চাক্তো হান্না অমুক্তা থোংবিরুচো। করি হন্নুবীনোনে ঙাংনবা অস্নুক বাবসিবো ?"

পাখৎলপা ঐখোয় ইমাতু চাক থোংনবা থৌরাংপ্রে। ঐনা ইমাগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়— "ইমা মসিনিনে ইনাক থুনবা থবক তৌবা নুপীগী হৌনবীসে।" ইমানা হায়রকই— "থবক তৌবা নুপী ওন্থাক্লা য়াম্না লৈ। ওফিসকী থবকস্তু তৌই, ইমুংগী থবক-ইংথাঙস্তু লোইনা হোৎনৈ, মীকৌ মীচানস্তু ফজে; ঐখোয়গী দী পুমওন-হেক ওন্নৈ।"

ইমাতু মথন্তা চাক থোংলতুনা খঙ্গরম্বা য়াই— "ইরাইবক্কিনি ; খরা বানা, পূক্লিং নুংশিনা হিংবা তারে। কয়াম কুইনবু অস্তুন্না লেল্লগবনো শিদৌবস্তু পংকুই কুইররোই।"

ঐগী পূক্লিংনদি লাইথোক্লা থল্লকই— "মসি থোক্লবা ইমানা শিনবনি। ইমানা পাগজবা মুপী থীরুবদগী ঙসি ওইরিবা অরাবসি নংবনি।"

ঐনা পাখং ওইরিবৈদা, হৌজিক ঐগী নাক্তা চংগে খম্না লাক্লম্মী মুপীদুগা ঐগা মরী লৈনৈ তাবদগী পাখংচরবী ইমানা নোংমা অকনবা চৈরাক্কী রাভাংদা ঐভোন্দা হায়খিবনি— "নংবু মী ওইনবা শেম্বা ভমগদবা নংগী তুংগী পুন্সিবু শাফহনগদবা অদুগুম্বা মুপী থীরকউ। করিম্ম নত্তবদা মীনুংশি উৎলিবনি হায়দুনা ঐখোয় অসিবাইগী লাইর-চুদংনবী মুপী পুরক্রবদি নমা ঐনা নংবু ইচানি খক হায়রোই।"

মসিমক্তনা শান্তিদগী লাপথোকখি। ঐনা মভোন্দগী লাপথোকখিবনি হায়বসি মতাক থাজরম্মোই। ঐনা রিতাগা য়ুম্বানসিন্নরিবসি মাভোন্দা মগুম্না থোক্লমগনি। শান্তিনা ইমাগী মমৌ ওইরম্লবদি ইমাসে য়াম্না তোয়না নত্রবস্ত মরক মরক্তা মোমোন মোমোন নোকপা ফংজরমগনি। হৌজিক ইমাসি চহী নৌথোরকত্রবস্ত থবক্তদি নহা ওন্থোরক্লি। ভসি রিতানা থবক চৎলমদাইগী থোরকপদা ইমাদা ওনশিল্লগা হায়রকই— "ঈরুজফমদা ফনেক অমা লৈহৌবনি ইমা অমুক্তা শুদোকপিরম্মু।

—নহাকস্ত ফনেক্তমদি শুদোক্লম্বা য়াবনি।

—করিস্ত হায়নিংপোত্তে ঐস্ত ইমাদা; তভাইফদবগী হায়বনি। ইমাগা ভাংনরিউ পুংসে আ য়ৌথরেনে। খোইদোকাসে বীরি-বীরি শাওগৎলি।"

ফেং হায়দোক্লুনা থোকখি। নোং-ফাদোক ঐনা রিতাদা হায়বা য়াওই— "নংস্ত ছুতি মুমিৎ নত্রগা থরা ভন্না হল্লকপা মুমিৎতদি চাক থোংবা ইমুংগী থবক য়াওশিনবা য়াই। ইমাসি অহল ওইবগী শোল্লবনি।"

লাইরিক কবা ছাত্রনা ওক্সানা হংবা বাহংদা খুদক্তা খুম্বগুম্না রিতানা খুম্নকই—"হন্নবীনি হায়তুনা নুমিৎ চুপ্পা ইস্নক্তা-সুক্তোক্তুনা লৈ। খজ্জিক্কুং ভমদবদা শোম্ভখিবনা হিংজনিংদরে শিজনিংলে হায়বসিনবু অমুক্তোইবা অঙকপানি।

—রিতা নংনা নহানি কৈদৌগে অহল ওইরকপা মপাঙ্গল শোম্ভ-রকপা হায়বসিদি পেন্দবগী পংভাং ভাংবনি।

—হায়রুরগা হা, ইমা অশোনবীনে অতুনি অদানে। ঐদি নংনা নাখোয় ইমা কনখৎপগী বাভাংসে সুংতা হেক তানিংদে।"

ঐ মথা তাদ্রে। রিতাগী বাভাংদা ঐ য়া কুমলে। নোংমা ঐনা লবক চল্লকপদা উকাবী অতেকপা লৈরকই। য়ুম হেক য়োবদা ইমাদা য়েংহল্লি। ইমানা হরাওজৈ। নুমিদাংতুমদি রিতাহু হৈনিংলমাল্লে চাক্তু মানা থোংই। চাকথোংবা তংখাই চনবগী অতুদা রিতানা হোদোং তানবগী লাও-খোংই। ইমা ইবানিসু চেনশিল্লি। লাও-খোংবগী মরমতু হোদোংনা উকাবী অভোবতু চাখিবগী ওইরমই। রিতাতু শাউমন্দুনা হোদাংতু ফুনবা কোইতান তান্নরি। ইমা ইবানিনা থেমজিল্লি— "হয়েং অমুক লৈরগা চারসি।"

নুমিদাংতুমা রিতাতু চাক মপুং ফানা চাদ্রে। ঐসু মাগী নুংভাইতবতু উবদা কয়া খোয়জংদনা চাক চাই। ইমানা চাক-থোংবা খুদিংদা অমুক্তা য়াওখিদ্রবা, ভসি রিতানা থোংবুসিদা ঐগী চাক মরক্তা শম অশাংবা অম্না য়াওরম্নে। ঐ চাক চাদ্রে। শম য়াওবা চাক-য়েনশাং, অচা-অথকশিংদি ঐ অমুক্তা চাদে।

মুমিদাংগী থবক লোইরভুনা তুম্না চংনরে। রিতাদি চাকশংদা লৈহৌরি। ভাইহাক লৈরগ চাক পুথম অচৌবা অমগা য়েনশাং ভেঙ্গোং অথনবা অমগা উকাবী অতাওবা খরগা পুরভুনা চংলকই। উকাবী অতাওবা পুরকপত্নু উবদা ঐনা হংই— "নংবু হৌদোংনা চাথ্রে হায়দাইনে ?
—হৌজিক অমুক ভৌরকপনি।"

ভৌবগী মখোলদি তাখিদবগুম তৌই। ইমুংগী থবক লোইরগা উকাবী ভৌরকপম্নু থুমল্লি। ঐনা উকাবী অনি লৌথোক্লগা ত্তোভান্না থম্মী। বাখলদদি ইমাগী শরুক্কি খল্লি। অদুবু ইমা চাবা ফংগদৌরিব্রা হায়বদুদি তম্বা ভমিব্রবনি।

অহাওবা অমত্তং চাবদা ঐগী মুপীনা ঐখোয়নিতমক চামিন্নু-নীংই। তুম্মদাই খুদিংগী পুথোরকই লদু, বেরা, রসগুলা, ওম্লেৎ। মুমিৎ খুদিংগীনি অমুম্না ইমা য়াওদনা চারিবা। লোংনা চাবগী হৈনবীসে ঐগী মুপীসে লৌরুবদগী হৈনরে। মুপী থীদ্রিবৈ ঐসে অমুম্না ওইরক্কনি থাজদে। ইমাগী মিংদং পল্লুবদা ভসাইনা চাথ্রে হায়রক্কনি। ঐনা নোংমদি হায়—"অদু ওইরগনা মসি ঐখোয়নিতা চাববুদি ইমাগা আদা ঐখোয়দুম চামিন্নরুসিরা ?
—ঐবু য়াম্না থাজবিদবগী রারো ? খিৎ-চাবা ফত্তবা তাহনবিরম্নু।
—ঈশিংদা ওইরবম্নু নোক্না থকমিন্নরবদি ভা থোংবদগী হেল্লিদনা।
—হায়রিসিবো নখোয় ইমানা ঐভোন্দগী মুংশিবা হেল্লে অসি নত্তরো ?
—কনানা হায়রিনো ? ঐদি নহাক্না মুংশিবা হেল্লে খন্না লৈমিন্ন-রিসিনি।"

ঐনা হৌগৎতুনা ইমাগী মনাক্তা চৎকে তৌবগা রিতানা খূৎ পায়দুনা য়াল্লি ; অদুগা হায়— "তৌরদৌনি অসিগুম্বা মখোং চাদবসে। নংনা ইমাগী মনাক্তা হেক চৎলবা ঐনা তৌবা য়েংউ।"

রিতানা ইকায়গদবদু খন্দুনা ঐ চৎত্রে। ঐনা ঙমদুনা ইমাগী মনাক্তা চৎলগা অচা-অথকসি চামিন্নরুরবদি রিতাগী অরোনবসি অতাক-অফোঙনরনি। মসিনা হেন্না ফজদবা ওইরগনি খল্লে।

"হনখিরোইদ্রা ইবুংঙো ?"

তাথোইবনা থোংজিন্দগী কৌরকপদা ঐহাক ভাব তারকই।

—"পুং তারব্রা তাথোইবা ?

—তারেনে। ঙাইহাক ঙাইরে ; থোরকত্রবদুদা ঐ চংলকপনি।

—থোক্লসি।"

চে-চাং ময়ামদু থমজিল্লম্লগা থোক্লক্লে। ঐখোয়গী খুল য়ৌবদা মী পোৎলোইবা অমা থেংনৈ। নকশিল্লকপদদি শান্তিদু ওন-থোইনা কপ্লম্বদু উরে। মখোয় মমাদু লৈত্রবজাৎনি। য়ুম হেক য়ৌবগা ইমাদা ঐনা হংই—"ইমা শান্তিগী মমাদু লৈত্রবরা ?

—লৈত্রেদনা নংবু পোৎলোইবা থেংনরকত্রনে ?

—থেংনরকই। ইমাদি চৎপিরুদ্রবরা ?

—য়ুমগী থবক ময়ামসিদা চৎপগা শংদেদা। মীনা থীনা ঙাংন-ববুদি ইমৌ নুপীনা থীনা ঙাংবদুনা হেন্না কিজৈ ইমাদি।"

ঐ ঐগী কাদা চংলগা ফি-হোংই। শান্তিনা ঙশাই লাক্লম-লিবদু মমা লৈত্রবা তুংদা ওইরম্বা তারে। অদুনদি মমা পুথনবা করিগুম্বা অরাং-অপা লৈরদুনা লাকপা ওইরিনি। নারিঙৈদসু, শিরগসু ঐনা করিগুম্বা মতেং পাংবা ঙমখিদ্রেদকো। শান্তিনদি ঐখোয় ইমুংদা মতেং পাংখিবনি। মাবু মীরাইরবসু মাগী মতেংদুদি কাউবা ঙমদে। মরক অমা ইমানা ঙমদবা অদুদা মশামক লাক্লুনা

ফিশু-ফিজাম চাকথোং-ফৌশু তৌখিবনি। ইমানা খরা ফরকপা অহুরাইদা ইমানা শান্তিদা হায়— "নখোয় খ্বাই ময়াম চংহুনা ইমাবু তেংবাংবিবসে ওস্পোক্লা নুংঙাইদকো। হয়েং মতম অমদা লমন শিংবা হায়হুনি।

—ইনে, করিগী লমননো ? অঙম্বা থবক খরা শুবদনি।

—সিদগীদি ঐখোয়গীস্থ থবক শুবিনবা মৌ লাক্লনিদা ইনাক খূনবী, থবক তৌবী নুপী অমা লৈরে। ঐখোয় নুপামচাসিদা থাজগে থবকস্থ তৌহনগে হায়রি।"

শান্তিহু ময়ুমদা থবক চিলহৌই হায়রগা খোঙলৈ থুনা চৎখি। ইমানা শোলহৌই— "হৌজিক মতমগী লৈশাবীসিদি ইকায়বা ওস্পোক্লা খঙদেদা। তেংবাংবা শারগা ইমুংগী থবক নোম্বা লাকইনে ; নমহুনা লৈগে খল্লিনে মায়থাবীসিদি।"

নুমিৎতুদগী শান্তি ঐখোয়গীদা লাকখিদ্রে। ইমানা পাউ-থাংস্থ থাই ঐখোয়গীদা লৈশাবী চংলক্লনবা ; ঐগা শান্তিগা কৌন-ঙাংনদনবা। মহুদগী শান্তিগা খক থেংনদ্রে। ঙসি উন্নব-হুনা অহানবনি।

বাখলসিদা শান্তিখোয়দা চৎনিংবা ফাওরকই চুম্বা লৈকায় ওইবগী অরা·অনা তারবনিনা হৎনীংই। অহুবু রিতাগী অয়াবদি চংই। মানা চৎকন্থ থীংলবদি ঐ খোঙ থাংবা য়ারোই। তঙাই ফদনা রিতা হল্লকপা ঙাইবা তাই। মাদি করিগুন্দা থবক মফমদগী মপামদা লৈথোকপস্থ য়াওই ; য়ুমদা হল্লক্তে। অমবু ওইরবস্থ ঐ রিতা ঙাইগনি ; মাগী অয়াবা লৌগনি।

তাং ২২ | ৭ | ৮৯

—(❀)—

# অহোংবা

কুঞ্জচন্দ্রনা ইমুংদগী তরং অমনবা পুথোরক্লগা মাঙ্গোলগী ফাংন্দা থারিবা ফক্তুগী মনাক্তা থমই। ফক্তা ফম্লগা তরংতু মখুম হাংই। তরং মনুংদা য়াওরিবা চে অমদি লাইরিকশিংডু অমমমতা ওইনা লৌথোক্লগা লৈমায়দা থমই। মরক-মরক্তসু চেশিং কাক্লগা য়েংই। তাঙ্গা অসিদা মাগী মুপী সনাহনবীডু মনা-মশিং য়াওবা য়েন্দাই অমা পুরগা ইংখোলদগী লাকই। মাঙ্গোলগী দারী মপান্দা ফম্লগা পুরক্লিবা মনা-মশিংডু মপ্তোকই। ভাইহাক লৈরগা কুঞ্জচন্দ্রদা হংলকই— "লৌ-ইংখোলগী খাজনা থীবা চৎকনি হায়-বতুবো কয়াম থেং-ঙম্না চৎকদোইনো?

—পুং ১০ খরা হেল্লকপা অডুরাইদা চৎকে। অডুগী পাট্রা থিরি-বসিনি।"

মবানিমক মাগী মাগী মথৌ তৌনৈ। কুঞ্জচন্দ্রডু চীঠি থাউ অমনবা অমা পুথোরক্লগা মুন্না য়েংই। মাঙোন্দা মাগী মাম্মা মাঙ্গোঞ্জাওনা থারকপা চীঠিনি। হেক উবদা মাগী মিৎতা চীঠিডু চেথাউ ওইনা উদে; হিংচাবগী মশক ওল্লবা মাঙ্গোঞ্জাওগী মমায়ডু ওইনা উই। হান্না পাঞ্জবা চীঠিনি; হন্না পাবগী কান্নবা লৈতে।

অহুবু চৌঠিসি ফংবা মতমহুদদি হন্না-হন্না পানিংখি ; পারিবমখৈ মাঙোন্দা থোনা হাপখি। করিমতা তৌদনা চৌঠিহুদা মুন্না য়েংহুনা লৈবহুদা সনাহনবীনা হংলকই—“কনাগী চৌঠিনো ?

—মাম্মা মাঙ্গোনজাওগীনি ; ঐঙোন্দা থারকখিবা চৌঠিনি। মানা চৌংদা পোষ্টিং তারিঙৈ ঐনা ক্লাস ফাইভ তম্লিঙৈগী বানি।

—করি হায়না ইরকখিবনো অমুক্তা পারকউবা।

—ঐদি পানিংদ্রে ; মাগী খূৎইসি উরগা য়েংনিংদবা মশক্তু হেক্তা উরকই। নং পাউসে।”

চৌঠিহু পীরকই। সনাহনবীনা চৌঠিহু লৌদে ; কুল্লচন্দ্রদা য়েংহুনা লৈ। য়েঙ্খাং মনবহু লেপ্লগা হংই— “নংনা পাবা পাম-দ্রবা চৌঠিসিবু ঐনা পাবা চুস্বরনে ?

—পাউ কাইদে ; চিরোল ওইরবা চৌঠিসি ঐনা পানিংদহুনা তৌবনি।”

সনাহনবীনা চৌঠিহু লৌরগা হাংদোকই। য়েঙ্খাং মন্না-মন্না পারি।

“কুল্ল”, ( মাঙ্গোঙ্গাওনা কুল্লচন্দ্রবু কুল্লদমক কৌই ; মিং শাংনা থক কৌদে।

“মাম্মগী ইবুংঙো, নংনা থারকপা চৌঠি ফংলে। পূম্নমক য়াইফরি তাবদা মাম্মা য়াম্না নুংঙাইরে। নংস্তু লাইরিক কন্না ঔরাইরি তাবদা অমুক্তা হেন্না নুংঙাইরে। মীথোইনবা হোৎনৌ হয়েং নংনা তমগে হায়বহুমা তমহনগনি। ইচে-ইবাইনা শেল পুথোকপা ঙমদ্রবস্তু ঐনা পুথোকনি। ঐদি ইচা লৈজদবনিনা নংনা ইচা, ইমাক শকলবনি।”

মাঙ্গোঞ্জাও চহী মরী শুরে লুহোংবা; মচা ফংদ্রিবনি। কুল্লচন্দ্রবু মচাদোনা লুনা তৌই। কুম্মৈ য়েংবা চৎপদা থুৎশয়্যনা পুই; কুমগী হরাও কুম্মৈদা মফি-মরোল থোনবী; থবক চৎথোক-লুবদা পোষ্টিংদগী হল্লকপদা ওয়ামোক, শান্নপোং লৈরকই। অহাওবা য়েঙ্গাং থৌল্লকই নত্রগা কৌরগা পীজৈ। লাইরিক, বোই, কলম লৈবা, মিং চনবা মাগী শরুক ওই। করিগুম্বদা কুল্লচন্দ্রগী মমা-মপানা তৌরবস্নু মানা শেন্দু অমুক হন্দোকই।

"অহুগনে কুল্লা, ইচে-ইবাইদা হায়য়ু মখোয়না ঐগী থবক চংবদা পুথোকখিবা শেনফম লুপা ৫০,০০০ হুগী মহুৎ ঐখোয়গী মখারোমদা লৈবা ঐখোয়গী ইঙ্খোলহু লৌরো; ঐনা থোরকপদা মিংওম্নবা তৌরগদবনি। ইবাইনদি মসি য়াদবনি মহু ওইরবস্নু পীদি পীথোক্লগনি। অউন ইঙ্খোল ওইরগদবনি। ফরে ঙসিগীদি মতাংসিদা লোইশিল্লগে। লাইনিংথৌনা নাদ-য়েক্কবা, য়াইফবা পীনবিসন্নু।

নংগী মাম্মা
মাঙ্গোঞ্জাও"

পাবা লোইরগা চীঠিহু হান্নগুম্মা হাপচিনগে তৌবদা কুল্ল-চন্দ্রনা হায়— "হাপচিল্লুরম্নু; হন্দোকখ্রগদবনি।
—মাঙোন্দা অমুক্তং প্াহল্লগা য়েংসি অহুগা মবুক ওল্লকপস্নু য়াই।
—ওইরোইদা; ঐবু মী নেল্লগা ফুহনবা মাম্মাহুনা অমুক হম্না মীন্নংশি চেল্লক্কনি হায়বসি ওইথোক্লরোই।"

মাঙ্গোঞ্জাওনা য়ুমদা থোকপদা মানা ইরকখিবহু নীংশিংখিদ্রে। কাউগে খন্না কাউখিবনিনা নীংশিংদ্রে। মমা-মপানা মচেদা

ইংখোলদু পীনবা নক্লগা শেলদু পীনবা হায়রবস্তু পংশিন্নহুনা লৈরে। হায়েং চৎকে, হংচিং চৎকে হায়বগী ওৎলৈ-পালৈ তৌবসিনা মাগী পাউথুম ওইরে। মানা অস্থক থুনা ওনখ্রিবসি মচা য়াওরকপদগীনি। ডাক্তরগী মতেংনা মচা ফংলে। মচাগী খনবদা খম্মোই কনবা হৌরবনি।

কুল্লচন্দ্রনা লাইরিক তম্বা লোইশিল্লহুনা থবক তান্নবা হৌরকপদা, নোংমা নুমিদাংদা মাঙ্গাঙ্গাও উন্নবা চৎলুই। মাদি অয়াম্বা মতমদা পোষ্টিংদা লৈনবা হোৎনৈ। য়াম্না লাপ্পা নক্রবস্তু থবক-মফমদা লৈ। নুমিদাংদা য়ুম লাকপা ওইনা তৌই। য়ারিবমখৈদি কুল্লচন্দ্রখোয়গা খেংনদনবা হোৎনৈ। কুল্লচন্দ্রনা মপান্দগী কৌরক্লবদি মনীংথোং ফাওরগা থোকখিগনি। চাক তোকপগী অহুদা লাক্লগনা তুমখি। ওসিদি চাক চারিবৈদা উনরে। লোৎপা য়ারে। মনাক্তা চংশিল্লগা কুল্লচন্দ্রনা হায়রকই— "মাম্মা নহাল ইনেদা হায়জরম্বা শেনফমহু য়াগদৌরিব্রা?

—নংগী থবক্কী হায়বহুরা?

—মানি; ইন্টর্ভিয়ু তৌখ্রবনি। খরা থুনা পীহৌদ্রবদি হায়দোকপনা হান্দৌবা মাল্লি।

—পৈশাবু লৈতেনে। মাল-চাং কায়রসিরা হায়রবস্তু নংগী থবক্ত ওইদৌবা মান্দোনে। পীগদৌরিবা মীহু পৈশাবু য়াম্না হাংলি হায়না তায়নে।"

মানা হায়রিবহু অফবরোমদা পুনবা মথাস্তু তারকই।

—"হন্দক ঐখোয়গী দিপার্টমেন্তা থবক খরা লৌগদৌরিং মতুদা ওইনবা ঐ শীনখিগে পৈশাগ্ন য়াম্না তিংলোই। হন্দকীসি তোক্লসী।

—মাম্মখোয়গীতুম্ন য়াওগে ; হন্দকীসিগ্ন লাইবক য়েংগে। মাম্মানা শেনফমতুদা পীবিয়ু।

—শেল লৈতবগী বানি।

—মাম্মাদি থবক তৌবনি লৈনবা খরা শীনবীয়ু।

—নংগীসি ঐনা থবক তৌবগী বা মান্দে লমন থোবা মাল্লি কুল্ল-চন্দ্রা।"

নুমিৎতুম্ন মানা ঙমতুনা কুল্লচন্দ্রবু থাদোরকই। খরা লৈরগা মাঙ্গোঞ্জাওনা কৌবদগী নুমিৎ অমদা চৎলুই। নুংশিনবদগী মমল য়াম্বা অমা লৈতে খন্না লৈজবা কুল্লচন্দ্রদা মাঙ্গোঞ্জাওনা কা হেনবা বাঙাং শীজিন্নবি। মাগী থবক্তা লুপা ৫০,০০০ পীখি হায়বতু মীনম্বা বা ওইহল্লম্মী। অতুগী মথক্তা ইথোল পাম্বা ওইজ-ওইথক পাম্বা নীংঙোলগী মরল পাম্বা কুল্লচন্দ্রগী মপানি হায়বগী বাফমদা ঙাংলে। শাউরমদবা কুল্লচন্দ্র থাঙবা ঙমদতুনা শাউরে। থুৎ থোক্লরে। কদাইদা লৈরম্বনো খঙদেং মখোয় নুপা মঙা চংশিল-লক্লুনা কুল্লচন্দ্রবু য়াম্না থীনা ফুবীরে। অরানবতু তাহল্লে। নুমিৎতুদগী চৎথোক-চৎশিন তৌনদ্রে ; উনবদা কৌনখিদ্রে। কুল্লচন্দ্রখোয়না মরী-মতা কায়নবগী নুংঙাইতে ; মাঙ্গোঞ্জাওখোয়না শেল শিংলরোই বাই শংলে খল্লি।

সনাইনবীনা চীঠিছু পায়রগা হোৌগংলে। কুল্লচন্দ্রগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়— "চীঠিসিগী কায়ফম হৌজিক লৈত্রবস্থ মতম অমদা লৈরকপা য়াই থমজিনসি।

—ঐদি থাজবা ইঙম-ঙমদে। চীঠিছু উরপা থোৌথোক্তু অমুক নীংশিংলক্কবনি, থমদবনা ফৈ।

—মতম অমদা মসিনা শাক্কি ওইনরক্কনি। নংনা থস্বা মুংঙাই-ত্রবনিনা ঐনা থোকপা থম্লগে। মসিদি য়াত্রা?

—য়াই ঃ ঐঙোন্দাদি অমুক হন্না উইল্লক্কনু।"

কুল্লচন্দ্রহু মখা তানা পাট্রা থাঁত্রে। সনাইনবীস্থ মনবা লোইরবা মনা-মশিংহু য়েন্দাইদা হাপ্লগা পূথ্রিদা চাম্লবা চৎত্রে।

তাং ৭।১০।৯১

—(❋)—

# ৱাশক

খোইরাং-খোইশাওনরিবা কনাগুম্বনা থাবল মঙাল্দা কময়ূনা থাবু য়েংলগা পূক্লিং কাথবা ওমই। ওসিগী মুমিদাংসিদি থা থোক্লে। ইমুংদা লৈকম খওত্রদুনা পুর্ণিমাদু মাঙোল্দা কময়। নঙ্গম্মা মাঙোনগী উখোওদা ওারগা কমই। কাতু-কারন পাইরিবা তল্দনশিংদুদা মাগী মিংয়েং থম্মি। তল্দনশিংসিম্ন পল্লুং অমগী ৱাখলদা কোম্মনা পাইরম্বা য়াই। পাম্মিবা পন্থুংদু য়োদনা নোং ওানখিবা, নীংওমদনা মশাগী য়ারেককমদা হনবা তল্দন কয়াম্ন য়াওরমগনি। মখোয়গী লাইবক্কুগা মাগীগা মান্নদৌরিব্রা হায়না পুর্ণিমানা খল্লি। মাগী ৱাখলগী তাইবং অদু কায়রে; ইমুংদগী কৌরক্লি— "পুর্ণিমা পুর্ণিমা!

—লাকএ ইমা।"

পুর্ণিমাদু তপ্পা হৌগৎলগা চাকশওদা চংই। মনেম্বোক রাসিদু চাকলুকপান্দা কয়মই, চাক চারমদে। পুর্ণিমানা হংই—"ইমা করি তৌরকউগে?

—মংগী চাক শরুক্তি!

—ঐদি চামিংত্রে হায়দুনা ঐগী শরুক হাপত্রে।"

রাসিগী অর্থ রাসিনা নীংথিনা খঙই। থব্বায় মুংঙাইতবনা পঙথৈ লোম্লবা মীনা চানিং-থক্লিংবা হৌনদে। পুর্ণিমানা ওইরিবা ফিভম্মসিদা মাগী য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৈ হায়বসি খঙদুনা রাসিদু চাক চাদবমথৈ পুনিমাবু ঙাইরিবনি। পুর্ণিমানা তরাই-তরাইনা চাক চাশি হায়বা য়ারোই। মনেম্না মমৌদা শীজিন্নবা থক-খাগী চৎনবীদু নত্তনা অতৈনদি পুর্ণিমাবু তপথহনবা য়ারোই হায়বস্তু রানিনা খঙই।

পুর্ণিমাগী খুৎতু চিংলগা হায়—"ফমথরকউ সে ঐগা চামিন্নসি।"

চিংলিবদু খাংলগা পুর্ণিমানা খুমই— "ইমা চাবিরো ঐ চানিং-দবা অশেংবনী।

—ঐনা চরা হেল্লগা তুমঞবদী নং মুংঙাইগদ্রা?" পুর্ণিমাগী খুৎতু অমুকস্তু চিংলগা হায়— "ঐনা হায়বদা নংনা য়ারক্লোই হায়-বসি ঐ খনবা ফাওবা খন্দে। নংবু য়ুমসিদা পুরকখিবদু ঐনা শীল্লগনী ; অদুনা নংগী য়াইফনবা শীনবস্তু ঐগী থৌদাংনি।"

পুর্ণিমাগী থম্মোইদু খরা চাওখৎচৈ। অদুবু মনেম্না তিংদৌ-রীবা পাম্মোমসি পুর্ণিমাগী মপুরোইবা শ্যাম্না অরেম্বদা তাহনবা য়াই। পুর্ণিমাবু শ্যামদা লুহোংখিবসি য়ানবা অমগী মখাদনি। শ্যামগা অতোপ্পা মুপী অমগা লুহোংগদবা মুমিৎ হুম্নি রাৎলিঙৈদা মুপীদু অতোপ্পা মুপাদা চেনখি। শ্যামথোয়গী ইমুংদু ইকায়বগী অরোইবা পনথৈদু য়ৌই। মতাংদুদা লৈত-লাইরগা মাইয়োক-নরীবী, রাসিথোয়গী শেন্দোন পোৎলুম পুরিবী পুর্ণিমাগী মমা মপাদা পুর্ণিমাবু মমৌ ওইনবা হায়রৈ। মমা-মপাদা পুর্ণিমাগী

য়ারীংদবমা খুরো ওইখীরনি। কন্না তক্করবা তুংদা পুর্ণিমাগী রাকম অমগী মথাদা মারে। লুহোংলবা মতুংদা মক্না পাম্লিবমখৈ লাইরিক তমহনগনি, থবক তৌহনগনি য়ানতুনা লুহোংলে।

লুহোংবা থা অহুম শুরবস্তু পুর্ণিমাগী লাইরিক তম্নবগী বা কনানস্তু হোৌদোক্লদে। পুম্নমক্না কাউরবস্তু পুর্ণিমাদী মীৎকুপ খুদিংগী নীংশিংলি।

হোৌদোক্লগে খন্না তাঙ্গা ওাট্টেরি। নোংমা মুমিদাং অমদা য়াম্না ইকায়জনা পুর্ণিমানা শ্যামদা হায়— "ঐবু মিং চনবীর-রোইদ্রা ?

—কৈদোবগী মিং চনদোরিবা ?

—লাইরিক তম্নবনি।

—হৌজিকপো মো ওইরবী নংনা অঙাংদোনা লাইরিক তমথিগে হায়রিরো।"

পুর্ণিমাদু থন্নুংদা কপ্পিংলকই। বাট্টৈশিংসি তাগদবা ওই-রবদি য়ুম পাল্লমলোইদবনি খল্লে। মপুরোইবনা হায়বনি মাবু নুংশিবগী লক্লতুনা হায়বা ওইরমনি নীংহুনা হায়রকই—"লুহোং-নবগী বা থম্নবদা ইমানা হায়খিবনি।

—ঐনা হায়খিবদি নত্তেদনা।"

পুর্ণিমাবু লুহোংবা য়ানবা থেঙ্গা মতমহুদা রাসিনা পুর্ণিমাব লাইরিক তমহনগনি য়ারবা তুংদা, শ্যামগী অয়াবস্তু পাউথাং ওইনা পুর্ণিমানা ফংথি। শকউননা হায়খীদে হায়বগী শ্যামনা মীনম্নি। রাসি লোৎশিল্লগা পুর্ণিমানা হায়— "অছু ওইরস্তু তমগেবা ; বি, এ, ফাওবদি লোইশিনগে।

—মৌনা নৈশাবী শাহুনা লাইব্রিক তম্বা চৎপহ্ ঐ শুংয়া য়ারোই।"

কা হেন্না পূকচেল পীকপগী মীৎয়েংনি। মুমিৎ খুদীংগী কলেজ কাগদবা নত্তে। নোং ফাদোক চৎলগা পরীক্ষা থাগদবনি। মসি খঙলবসু শ্যামনা খঙশিন্নখিদ্রে।

অফবরোমদা পুথোক্লুনা হায়রকই— "মৌ ওইবগী ইমুংগী থবক-ইংখাং শুবা, অহলগী সেবা নীংথিনা তৌনবতুম হোৎনৌ।"

হায়রিবসি পুর্ণিমাগী করি অশোয়বা লৈখিবদগীনো? মতুগী প্রমান পীবা ঙমগদ্রা হংলবদি শ্যামগী পাউখুম লৈরোই। বাফম অসি রাসিসু খঙলে। নোংমা শ্যামদা হায়— "নংনা ফনা পামদ্রবসু পুর্ণিমাবু মিং চনগদবনি; নমা ঐনা য়াথ্রবা বাফমদা নংনা থবক ওইনা পাঙথোক্কদবনি।"

—ইমা ঐ ঙমলোই; ঐগী নুপীবু মীৱা ভাংনফম ওইবহ্ ঐ পামদে।

—হৌজিক্তি ওইদ্রিদনা? ওইরকনি হায়বসু থাজদে। ওইসু ওইরোই।"

রাসিনা ঙমহুনা মিং চনখি।

শ্যামগী কন্থা-করিংনবহ্ ঙসি অমুক মকা ফোঙলক্লে। ঙসাই পুর্ণিমানা পরিক্ষা থাবা চৎপদা শ্যামসু য়াওই। মানা য়েংনিংবা মওং থরা উবদগী পুর্ণিমাবু হয়েং পরিক্ষা থাবা চৎপা য়ারোই হায়না থীংই। মবানিগী মরক্তা ভাব তানদ্রিবহ্ শেংদোক্কবা হোৎনবদা খৎনরে; খাইনবগী মওংদা লাক্লে! রাসি মচাগা মমোগা খৎনবহ্ বাতেম্নবা চংলকই। মমা চংলকপদা মাগী অরানবহ্ পুথোক্লুনা ভাংলকত্রিঙৈদা শ্যাম মফমহ্ থাদোক্লুনা চৎখি। চৎলমদাহ্দা অসুম্না হায়রম্মী— "ঐগী নাক্তা লৈখিগে হায়রবদি ঐগী য়াকা ভাইবা তাই; অতুগা ঐনা হায়বসু ইনগদবনি; নত্রবদি নপামদা লৈজরুচো।"

য়ুম পাল্লবা নুপীদা তরাইনা নপামদা চৎলো হেক্তা হায়বা ঙম্বা নুপানা য়ুম পানবগী অশেংবা ৱাহন্থোক্তু খঙলম্মোই। মাগী নুপীবু পুন্সিগী লোয়নবী ওইনা উবা ঙম্মোই। মীনাইগুম্না• ওক্তবী নুপীগুম্না থল্লমগনি। অসিগুম্বা নুপানা খুৎলিংবা খুনাইদু লাইবক থীবনী। মদুগুম্বা খুনাইদুদগী পুর্ণিমানা থাপতোকনীংলকই।

রাসিনা ঙম্নবা পুর্ণিমাবু খুৎ-পায়দুনা চিংই; পুখম মপাদা ফমহল্লে। চাক চানবা খুৎ হাম্নদুনা রাসিনা হায়— "নংগী অনিংবদু ঐ লৈরীবমখৈদি থুংহনগনি। নংনা ফৈ খন্দুনা তৌবা থবক্তা অপনবা পীরকপদু ঐনা থক য়ারোই; সে চাক চারসি।"

রাসিগী ৱাসি হায়সিন্নবদি নত্তে। মমাংদা তৌখিবসিংনা প্রমান্নি। পুর্ণিমাগী মবুক ফানবা মথাস্থ তারকই— "মানা নং পরিক্ষা থাগে হেক ময়াদ্রবদী• হায়বা ইন্দ্রবা মচাগী মনাক্তা মমা ঐ লৈরোই; ইপামদা লৈরুগনি। ঐনা নংবু লাইরিক তমহনগনি হায়খিবদু পাঙথোকপা ঙমদবগী ইরান ওইনা য়ুমসি পুন্সিগী ওইনা থাদোক্লমগনি। নংস্ত হায়নখীবা ৱা ঙাক্তবগীনি হায়দুনা নপামদা চৎখো। ঐনা হায়রিবসি শাউদুনা হায়বা নত্তে; হায়শিন্নবস্থ নাত্তকো।"

পুর্ণিমাদু করিমতা খুমদে। করি খুমগদবনো খনফম খঙদে পূক্লিংদদি পেন্দবা ফাওরি। নুপা ওইবনা ঙমগনি হায়গ্রবা ৱা ঙাক্তবসি চুমদে উৎনবা মপামদা চৎপনা চুমগদ্রা নীংলকই। অদুগা মাগী মপুরোইবা ওইরিবা শ্যামগী "নপামদা চৎগ্রো" হায়বা ৱাহৈদু অমুক্তংগা তাখিনবা ঙাইফম থোকপ্রা হায়বস্থ থল্লকই।

তাং ৩ | ১ | ৯৬

—(❁)—

# মরম্মাই

কৈক্ষেলমানবীদগী ইম্ফাল ক্লাওবা হনগং-হুন্দা চেনবা রস্ম অমদা ঐহাক তোংলি। ঐনা কপ্লুকা সিত অসি মী অত্তমগী নি। হৌজিক্তি শুপী অমগা ইবানিতা ফপ্পি। ঐখোয়গীসি নত্তনা অতৈ সিত হাওত্রে। থরা হাঙলম্বহুন্দ্ব ঐগা ফম্মিম্মরিবী মশা-নানবী সুপীসিনা কোম্না কারকপা মীশিংত্থ মাগী মনাক্তা ফমহন্দে; ফম্মিন্ন-নিংদবা মীনা হংবদা মানা খুমই— "মী লৈরে; অতৈ অহাওবদা ফম্বীরো।"

কন্দক্কর অঙাংতুনা ভারা মথং-মথং লৌরকই। কন্দক্করসি বস মপুনা য়াম্না চাপ্লি হায়। মানা ভারা লৌরবদি শেন য়াম্না ফঙবননি। অহুবু মরক মরক্তা মহাক পেসেঞ্জরশিংগী অথীবা মীচৈ, খুপাক, কিন, খৌরি মেৎলম্বা কয়াসিদি থেংনৈ। ভারা লৌনবা হোৎনবদা ঙাংবা অকনবা ৱাহৈ, কন্থা করিংনবা খোন্দা, অনম কনবা কয়াসিনা মাবু মীয়াম্না নুংশিনদে। থজিক্তং সুম্বা পোৎ হাপ্পগীদমক ভারা লৌই; অঙাং মচাগীস্থ অপিকপা ভারা লৌই; মতেক থরা তোংবদা ভারা থরদং ওইরবস্থ লৌই। কনাগুম্বনা মাবু কৈ হায়; লম্বী মনাক্তা লৈবা য়ুমদগী ঙাইরমখো হায়রকপদা বস ঙাইতুনা লৈ।

ঐগী ভারাদি চপ-চাবা পীরে। ফম্মিন্নরিবী মুপীতুনি লুপা ৫০ পী। অহৈনবা হন্দোক্লমদে। ভাইহাক লৈরগা হনজদবগী মওংনি। য়ুরেম্বম য়ৌরে। পুংকক চাওরবা মুপামচা অমগা মুপী অমগা ( মুপা মচাতুগী মমা ওইবা য়াই ) বসতা কাখৎলকই। মুপীতুগী মফি-মরোলদু খরা মোৎলপ তৌই। লায়রবা ইমুংগী মী মাল্লি। মুপামচাতুস্ মুপীতুগী মতৌমক্কি। মসিগী মথক্তা অমাবমি। মমায়দা মখোঁজ-মথুংতা অপাৎপগী মফম কয়ামরুম লৈ; মকমশিং অতুদগী মহী তারি। মখোয়বু উবদা ফম্মিন্নরিবী মুপীসিনা ঐঙোন্দা লোন্না হায়— "মতায়রোমদা খরা চৎথোবপীয়ু ফমগে হায়রকনি।

—ফমজসনু; অঙাংসি মশাস্থ ভমদবা ওইরমাল্লে।

—ঐদি ফম্মিন্নবা তল্লি; ফম্মিন্নরবদি অনাবসি ঐখোয়দা লৌন-রকনি।"

হায়নরিভৈদা মুপীতুনা মুপামচাতু ওস্থোক্লা বানা পুশিল্লক্লগা ঐখোয়গী নাক্তা লেপ্লে। মুপীতুনা ঐঙোন্দা হায়রকই— "থজিক্তা চংশিনবীয়ুবা অঙাংসি খরা ফমহল্লগে। মশা ভমদবনিনা লেপ্লদা বারনি।"

ঐনা থুম্বা নংত্রিভৈদা অমদি লেঙত্রিভৈদা ফম্মিন্নরিবী মুপী-সিনা খুমই— "মসিদা ফম্বা মুংঙাইরম্লোই; অসিদা মী অমা কাখৎলকনি, মাগী ফম্ফম খাকইবনি।

—হোরেল মীতুনা কাখৎলক্লগা হৌসংহল্লগে; হৌজিক ঙাইহাক্তং ফমহন্নসি।

—মহু নুংঙাইরোই। লেপ্পা ৱারগা লন্থীহুদা ফম্মু।"

নুপীসিনা বসসি মাগীদোনা ঙাংলিবসি ঐস্নু ফম্লিবা মী অতৈস্নু য়ানিংদবগী ৱাহৈ হায়দে। অশোন অনাদা মীনুংশি পোক-নদবসি মীশিং য়াম্নবা অমদি চাওখৎলবা মতমসিদা চৎনরবগুমই। ঐহাক্কি নুপীহুগা ওনশিন্নহুনা খৎনবদি পামদে ; অদুবু মমা মচাবুদি ফম্ফম পীনিংই। ঐগী ফম্ফমসি মখোয়বু ফমহন্নবা ঐহাক হৌ-গৎলি। ঐগী মওংসি খঙবদগী ফম্লিবী নুপীসিনা খুদক্তা কন্দক্তরহু কৌশিল্লগা হায়— "ঐগী পৈশা হন্দোক্কদবহু মী অহুমগী ভারা লৌরগা হন্দোরকউ। মসিগী সিতসিমা ইথন্তগী ওইরবনি।"

কন্দক্তরহু তৌঙক-মায়ঙরুনা লৈ। নুপীসিনা অমুকন্থ মখূৎ তীংথোরক্লুনা হায়— "কদায় মী অহুমগী লৌরগা হন্দোরকউ।"

মাগী ৱাঙাংহুদা কন্দক্তরহু থৌনা হাপকৎপগুম্না থোক্লমাল্লে পন্থদনা অহেনবা শেনফমহু হন্দোরকই। নুপীহু সিত মথক্তা মখোঙ শাংনা তীংথোক্লহুনা ফমই। ঐগী ফম্ফম ফাওবা মানা কনশিনখ্রে। মসিদি মাগী কা হেনবনি। ঐহাক থরা শাওনিংই। ঐনা নুপীহুদা য়ানিংদনা হায়— "ঐগী ফম্ফমসিদি সোমনা কন-শিনবা য়ারোই ; নুপামচাসিবু ফমহনগনি।

—সোমগী ফম্ফমদি লৈত্রেনা।

—মসিদা হৌজিক্তা ফম্লম্লিবহুদি ?

—হৌজিক্তা হৌগৎখ্রেনা। অহাঙবা সিতসি ঐনা ভারা পীরগা কনশিনলবনি।"

ইবানিগী মরৈ য়েৎনবসি কনা অমত্তা য়াওশিল্লক্তে। কন্দক-তরদি অঙাংনি ; অহল ঐঙোয়গী মরৈ য়েৎনবদা ৱায়েন্নবগী থৌনা

লৈরোই। মসিগী মথক্তা মাদি নুপীতুগী মীচংদা লৈগনি ; নুপী-তুনা মাঙোন্দা শেন হেন্না পীরি। অতৈ মীশিংস্থু বাতেম্লক্তে। অপাংপা অঙাংসি মখোয়গী মনাক্তা ফম্লক্তে ছায়রক্কনি খন্দুনা বাফম অসিদা য়াওদবা ওইরম্বা য়াই। নুপীসি ফংমান্দ মাগী মনাক্তা ফমহন্নিংদ্রবস্থু মী অনি ফম্বা সিততা মমা-মচাবু ফমহল্লগা মাগী মনাক্তা, সিততুদা ফম্বা মী অনিত্থু ফমহনবা য়াই। মতুম্না তৌদ্রি-বসি মমা-মচাবু অততাই ওইনা য়েংথিরি। ম্সি ফক্তে ছায়বসি নুপীতুবু খঙহন্নবা ঐস্থু হোংনদ্রে ঃ মরমদি ঐগী কুমথফম য়োরে। বস খামহল্লে।

ঐহাক বসতগী কুমথরে। বসতু থোবা হোরে। বস মনুংদা হাইফেৎ য়েংলুই। কন্দক্তরনা মমা-মচাগী মনাক্তা লেপ্পগা ভারা লোনবা তৌরি।

তাং ১৬ | ২ | ৮৮

লোইরবা

